অর্থ চপমান্নবা পীবা Noun অমসুং verb অনী লৈরবদি verb খনবা কৈ ।

অকনবা—"They commissiond Ram to write the book."

অশোনবা—"The commission was given to Ram to write the book."

(ii) ইংরেজীদা verb অসি Active অমসুং Passive অনী থোকই। Voice সু অনী লৈ। Active (অথোবা ভাব) না হাকথেংনবা অমসুং পুন্সিগা নক্কবা, Passive না শোনবা ওই। অকনবা ভাব পীজিন্নবা, Active voice চংহনবা কৈ। নিয়ম অসি মৈতৈ লোনসু ইনগদবনি।

(গ)

(১) মথক্তা পনখিবা আর্টিকল ইবগী নিয়ম অদু মসিদা পানসিনগনি। মথংদা খঙগদবদি অচৌবা অদু মুঙাইহনগনি। ময়ায়বাইদা মরুওইবা পোইন্তশিংদা হেন্না ইগদবনি; খরা হন্নবদা য়ান্না ইরোই। পোইন্ত অদু শেংনবা খুদম য়ারিমথৈ উৎকনি। অকবা খুদমদি অশেংবা মুশিং মুংশা চংহনবা থোংনাউগা চাংদম্না য়াই। কগংহনবগী য়ুফমনি।

(২) লম খরগী নত্রগা জাতিগী ওইবা বাকমশিং—নোং মুংশিং, কৌ থাউবা, শেন তোন্নবা লৌউবা, ময়ুম লৈতনা চংশিন-লক্কবা খীওই, চাওখাউ অমসুং খুংশা হৈবগী খোকপদু পীজিন্নদুনা ইগান। কুপ্পা য়েংশনলগা কংগনি।

(৩) লোইশনবা পুম্বদা মপুং কারে হায়বা খঙহনগনি। অপাবগী বাখন অদু খম্মোই কাউহনা মীংনবগী মকম তান্না পুগনি। থোদো ভাকপদনা হাদে। এথোইনা শক উৎপা ভম্বা খীগী situation খঙহন্দুনা অপাববু ওনহনগনি।

## মথন কয়াগী হৈগদবা মওংশিং

১।  ধর্ম্মগী নৈনবা বারেং শৈরেং—চানগদবা লৈরম অদু কুপ্না থম্লগা ওয়বা ঈশ্বরদা থুরমগনি। শীরিবা থোদোকশিং অদু চুমলে খঙহনগনি। বানান অমসুং মমিং মথা চুম্না পীগনি। হেদিং চপচানা থায়দোক্লবদি অকবা ফল তাহনলি। মকোকী তাক্লীবদু নৈই চিগনি। পুক্লিং চোংশিনহনগনি।

২।  ইশানা থেংনরকপা—ইশাদা পানখিবা অমসুং থেংনরকপদু ইবা চংনরকই। ইশা পংথ থাগত্তবা, হেনজিন্না ইশন্দবা অমসুং মরী লৈনবা লাইরিকশিংনা করি পনবগে হায়বদু নীংথিনা উৎকনি। মীদা থাজনবা চেকশিনগনি।

অচাবা মাইং বাতা, বাহন্দোক অদু খাইদা খঙহনবা অমসুং থাজহনবা ইগদবনি।

৩।  বাইওগ্রাফী (জীবনচরিত)—পুন্সি বারী তাকপা মই অদু চুম্না অমসুং নীংথিনা ইরবদি ফজবা পাউজেন পীগনলি। লম লমতুদা থোকপা মীওইগী বারীনা অপাবশিংদা ভাব পোকহনলি। অত্তোপ্পা কাংলুপ নত্রগা লমগী ওইবা পুন্সি বারী অদু খাম্নবা বাংহনলি। ইরিবা মী অদুনা হিংলিবা ওইন্নবদি অয়াবা লৌগনি অমসুং ফোঙনবা থাজিরৈদা মশামক হাকথেননা উন্নদুনা অকুপ্পা মরোল লৌগদবনি। মশাগী Quotation, পুন্সিদা থোকখিবা থোদোক অমসুং Note হাপকনি।

৪।  বারীমচা অমসুং উপন্যাস—মথাদ কুপথনা নৈনরে।

৫।  ফিজর—অশাংবা আটিকল অমা ইবদা লোইশনলমদাইদা মফম থরা মেনশন্নবা সম্পাদক্না যাম্ম। তেনবা আটিকল অমা শীজন্নবদু ফিজর কৌই। মাস পন্দুপ ম্নাম্না লৈবন্থ যাই নত্রগা পরেং থরদা লৈবন্থ মাই, তোইগুম্বসুং পাউজেল অমাদি লৈত্তবা য়াদে। সম্পাদকশিংনা মফবা মেনসনবা চংই।

৬।  পেপরগী এবস্ত্রেক, মপুংফাবা পেপর অমসুং থেসিস মহৈ—ইউনিভর্সিটিগী থাইদগী বাংবা ডিগ্রি অদু ফংনবা চহি থরা

চংনা হৌরম অমদা রিসার্চ তৌরগা পুথোকপা লাইব্রিক অমুবু থেংনি কৌই। তাংকক মশিং কককুনা নৈনরিবা সমস্যা অমু নৈনবদা য়াউকম মরী মখোং অমু শেংনা উংলি। শীজিন্নরিবা লাইব্রিকশিং. লোন অমগী মাহৈ মাতা পনবদুগী অর্থ অমসুং ইন্দেক্স নানচিংবা হাপনি। অমাংবা পোংথোক ওইবনা খাইনা পাবা ওমনদে। থাক অমু চম্থহম্নবদি কাগী ওই।

পৃথিবীগী নত্রগা জাতিগী নত্রগা নৈবাক অমগী থাক্তা মীতিনফম পাংথোকপদা ডেলিগেটশিংনা মরী নৈনবা বিষয় কয়াদা চে পুথে'রৈ। চেদুগী অশম্বা abstract অমু পীথংতুনা নমথোক্লগা খাইদা য়োইহনলি। শীনলিবা কাগুবুনা ইগদবা হৌরম, লামাই মশিং, সমরিগী মাহৈ মশিং অমসুং পীগদবা মতম লাউথোকতুনা থংহনলি। চে অমু য়াররবদি শুপচনবা মাদু নমথোকই অমসুং চেদু কোগদোকই হায়না য়ারৈ। মইদি, সাইন্স, আর্টস অমসুং মানবিকী (Humanity) বিষয় মতুংইন্না খেন্নবা থেংরৈ। Descriptive ওইবা abstract তা ইচম চম্বা মীরমশিং উংলি। লাইব্রেরীগী থবক, সরকারগী রিপোর্ট অমসুং রিভিউ পরপোজদা ইচমচম্না মমিং পীবা ফংই।

বিজ্ঞানগী এব্‌স্ত্রেক ইবদা সমস্যা, মেথোড, ডাতা, মীগদোরিবদুগী স্কোপ অমসুং মারোই পীরৈ। মমিং থোনবদু অপাবগী পুক্লিং চৌংশন্নবা হোংরৈ। কান্নদবা মাহৈ অসি থাদোক্লরে। মারোই তাবদা হৌরম অদুদা থোদাং উংলিবা থোদোক্লা উংতুনা থগহনলি।

[Standard ওইবা মামচং ইবদা মাহৈ ২৫০ রোমদা ইথোকরৈ। Abstract Paper দা ছাপা নম্বদা মাহৈ অমগী অম্নপকি মতিক নৈশা য়ামখ্রে হায়না মত পীরৈ।]

৭. নিউজ রিপোর্ট অমসুং ফিচর—News (পাউ) করমনা ইগনি ? News Report অসি চৈফু অকনবা অচৌবদগী হৌরগা মতোন পীকশিল্লি। অহৌবা অমু (Lead) কৌই, মরুওইবা

কুপথবস্থ হাপই—লেমহৌবস্থনা মচুদা হাপচনবা অমস্তুং চাউ-থোকপা ওই। Lead ( মকোক হৌবা ) না বাংং মরিথক থুমই : Who ? ( কনা ), What ? ( করি ), Where ? (কদাইদা), অমস্তুং When (কৈদৌরৈ)।

কনা ?

মশা মস্তুং

Lead করি ? — কৈদৌরৈ ? । বারোই

কদাইদা

Lead খুদম : খুইান লিডর ১০০ হেম্না (কনা ?) Asia গী congress সিঙ্গাপুরদা (কদাইদা ?) নবেম্বর তাং ৫-১৩, ১৯৬৭ (কৈদৌরৈ ?) দা ধৰ্ম্ম শক্লোকপগী মরমদা (করি ?) নৈনবদা তিনথি।

লিদ মথন :—বাম্নী অতেনবা, বাহং, লোথোকপা বাহৈশিং, Arresting ( থিংজনবা ) বাতাঙ।

হৌরম অমগী News feature ( পাউ মশক ইবদা ) পাউ লৌনবা মরী নৈনবা মীদগী ইন্তরভিউ তৌনবা নত্ৰগা চেকশিনবা রিসার্চ চংই। কুপথবা মচাকশিং অচু লেংগনি।

ড্রামাগী মচাক য়াউবা News Feature দা থ্বাইদগী হেনবা মচু থোকপা detail (কুপথবা) না lead ওইগনি, অমস্তুং হৈনবা অচু শাগংকনি। বাহং মরি ( মথক্তা পীথিবা ) গী মত্তা Why ? (করি ?) অমস্তুং How ? (করম্না ?) হান্নবস্থ হাপকনি। অয়েকপা য়েংউ—

করম্না ?

Lead কনা ? করি ? কদাইদা ? কৈদৌরৈ ? করিগী ?

মতোন কাথংপা

করুবা পাউগী মমশক্তা চংবা :
পুক্লিং ফাজনবা title অমসুং মচুশঙবা Lead (মকোক হৌবা )
অকোন অঙান অছু চুম্না থম্বা
কাগী, মীয়ুংশি, করুবা লোন্দা
আধ্যমিক শব্দোকপা শেংনা কাখৎপা

নিউজগী বারী অমসুং মওং অসি জর্নেলিজমগী থরায়মক্কি। মখোইসি ইবা তম্বা হায়বসি তঙাইফবনি। অতৈ মথনগী ইবদসু লাইরকই। শেমগৎনা ইবগী মরুনি।

চুমহন্নবা থিজনবা, অপাবনা মুঙাইনবা চাংদম্নবা, থবক উৎপা, কাগীনচিংবা য়াউহনগনি। ত্রামাগী মচাকশিং অসিনা পাবা হৌগৎ-খ্রগা লোইত্রিকাউবা তোকহনলোই।

ভাব মপুংফানা লৈত্রবদি ইরোইদবনি। মীগী মুঙাইবা পোকহন্নবা ঈ পাউ অদু শেমজিনবা লাননি।

(৮) মরুওইবা হীরম থরা : হীরম মথন মথেন কয়াদা অরুবা আর্টিকল চংই। ইতিহাস, ধর্ম্মগী য়াওন, রাজনীতিগী মশক অমসুং সমাজ হোঙলকপনাচিংব', মীচুগী দরকার মতুংইন্না মেগাজিন-শিংদা মখোই পুম্না ফোঙদোক্লে। থবক্গী চেকোঙদা Business কি থবকসি কর্ম্মসকী মীনা ইনৈ। Fashion ( চৎনবী কায়দা') অহৈবাশংনা ফিজেৎ, হকচাংদা তৈনবা, শেন অমসুং সমাজগী মরম লৈবা মীওইগী মরমদা নৈনৈ। ফিলম অমসুং শান্নবগী মরমদা ইবসু থাইগী পুক্লিং চীংশিনকম ওইরি। মখোইসি ইবদা তোঙান তোঙানবা ট্রেনিং চংই।

অরোইবদা মরালনৈবা, ফত্তবা তৌবা মীগী মরমদা ইবসিসু য়ামনা মরু ওইরি। থঙনীংগনবা অমসুং পুকনীং চেৎপা ওইদনা তমই ইবা ঙমনদে। থৌনাসু ফগদবান। মথক্কী হীরমশিং অসি ইবদা অথম্বনা হৈশিংবা চৎই। হৌজিকী মতমদা হীরমশিং অসি কুপথনা নৈনদবা য়াদে। নম্বর ৫ ; ৭ অমসুং ৮ দা উৎলবা

অইবা মথলশিং অসি জনে'লিজমগী মথুং চনলি। অমুর ৬ না বৈজ্ঞানিক ওইবা পেপর পুথোকপগা মন্নী লৈনৈ। মসি মথক্তা থেসিস অমা কয়মনা ইগদগে হায়বসু রিসার্চ তৌবা ছাত্রশিংগীদমক তোপ্পা পীজরি। অরাংবা থাক্তৌ থুংইনি।

(৭) Juvenlles ( নহারোনশিং ) গী ইগদবা

মারেং অসিদা জুবেনাইলগী হায়বসিগী অর্থ অমসুং লৌগদবা ভাব কয়া তোপ্পা নৈনরি।

১। অপিকপা অঙাংশিং ( চহি ৪ অমসুং ৫ ): পিক্লিবা অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সি নীংশিংবদা মুঙাই। অকোইবদা লৈরিবা পুম্বা ওকই—উরিবা, তারিবা, নমলিবা অওকপা ভাক্তনি। লংলবা মচুগী কুরাক উবদা মুঙাইবা, অঙাংবা গুলাবগী মনম, কয়িসু উপ্তবা থোংগী মথাদা লৈবা লৈবাকি ইংনা থোংপা? মমানা পানবা পীবা অয়েকপা লাইরিকশিং নীংশংবদা থগংপা, অনৌবা অমতংদা তুচুংবা, অরিবা অমসুং হৈনঞ্জবদা লুপচবা অঙাংশিংগী হৌনশানি। অঙাং ওইরিঙৈ অওকপাশিং অদু নীংশিংবা ওমত্রবসু অপিকপা অঙাংশিং মুম্না য়েংউ, মথোইগা রারী শানৌ অমসুং শাম্নমিন্নৌ। মথোইগীদমক ইবিবদা মথোইবু মুংশিবিবনি।

অপিকপা অঙাংশিংনা অওকপগী জগত্তা লৈ, মুঙাইবা জগত্তসু লৈ। মথোইদদি মদু অশেংবনি। মথোইনা উবা অমসুং ভাবদা য়াম্না লৌশিনগনলি; অমসুং মনম নম্বা, মহাউ তংবা, পুক্নিংদা কাউবা পামই। য়াম্না লৌশিনগনলি।

অঙাংশিং মুঙাইগনলি অমসুং মুংশিগনলি। মরাল লৈত্তে। লাই লৈবাকি লমদম অদু করি মানবগে হায়বা পায়া অদু থওহম্নবা অঙাংশিংবু ঈশ্বরনা থারকপনি ( মোথউ ১৮:২,৩ )

অপিকপা অঙাংশিংগীদমক ইবদা অচম্বা, অশেংবা অমসুং ভাবনা শাবা মাহৈ শীজন্নগনি। মমানা রারী অদু মথোইগীদমক পাবিবদা লাইনা থওবা ওমহনগনি। মথোইগী উবগী ভাব, ভাবগী,

শোকপগী অমসুং মনম নম্বগী ভাব মতুংদা য়ৈহন্দুনা মখোইবু য়ায়ৌদা পুরকনি। ঐখোইনা ইরিবতুদা মখোই লৈ। অপিকপা অঙাংগী-দমক ঐখোইনা ইবদা হয়াউহনবদা নত্তনা ঈশ্বর মুংশিনবা হোৎনগনি। ঙাকপিরিবা ঈশ্বর থাজবনা মখোইদা security (ঙাকপি শেনবিবা) ভাব পীগনি।

২। চাউরক্লীবা অঙাং (চহি ৬-৮): অঙাংশিংনা চাউরক্লগা মখোইগী জগৎ অসি পাকথোরকই। ভাবনা শাবা জগত্তা লৈরবসু লৈরিবা জগৎ অসি খঙলকলে। করিগীদমক হায়বা বাহং কয়া হংলকলে। বাহংশিং অদু খুম্বীবদা য়াম্না মক ওই। অহিংবা অমসুং চাওখৎলক্লিবা থুদিংগী অঙকপা পুম্বদা ভাব তাগনলি। মখোইদা ঈশ্বর অসি পোৎ পুম্বা শেম্বীবা মপুনি হায়না তম্বীগনি।

অঙাংশিংনা য়াম্না চংবা পোৎশক কয়া লৈরি। ঐখোইনা ইবদা মখোইনা চংলিবদু পীনবা হোৎনগনি। অঙাংশিংনা মখোইনা তৌখিবা অরানবশিং অদু জ্ঞান তাজে। ঈশ্বরনা অঙাংশিংবু মুংশি মখোইদা ঃ য়র্বাস তম্বীগনি।

৩। থৌনা লৈগনবা অঙাং (চহি ৮-১২)— অঙাংশিং য়াম্ন থুনা মপাঙ্গল ফরকপা, মথৌনা লৈরকপা ওইরকই। কুম্মৈ পামই, ময়াই কাগনলি। মখোইনা থবক তৌবা পামই, তৌই-গুম্বসুং অতৈনা তৌবদু মখোইনা পানীংই। মখোইগী থৌনা ফবদি অকনবা অমসুং থৌম্না ফবনি, মসিগুম্বা চহি মতাংগী অঙাং-শিংগী লাইরিক ইবদা খ্বাইদগী অথোইবা থৌনা কবদু পনগনি।

## নহা ওইবা মীওইশিং

(১) হাইস্কুল থাকী কাঙলুপ (চহি ১৩-১৬)— চোংফন তৌরিবা অঙাংশিংনা থুনমক হায়দোকপা ওমদবা teen-ager (তিন এজর) ওইরকই। অহনশিংনা অচুম্বা উৎপত্থু মখোইনা থাজদে। মখোই মথন্তা থনবা অমসুং থুদিংমক হংবা পামই। পুক্নিংগী মমন অদু মখোইদা ভাব তাহন্নবা মখোইবু মুংশিগদবনি।

মখোইগীদমক ইবদা ঐখোইনা মখোইবু খঙই হায়বা উৎকনি। ঐখোইনা মশক পীরিবতু মখোইনা মশামক্তি খনহনগদবনি। Realistic (পোৎ পুম্বা থাজৈশেনবা লৈ খনবা) ওইগনি। ঐখোইনা ইরিবা রারোদা নহারোনশিংবু সমস্যা মায়োক্লহনগনি অমসুং অচুম্বা খনবনা কোকহনগনি।

(২) কোলেজ কাঙবু ( চহি ১৭-২০ )— চহি কাঙবুসিদা সমস্যা হেনগৎলক্লে। মখোইদা হাঙদোকপা থোঙ য়াম্না লৈ মরমদি মখোইনা threshold of life (পুন্সিগী চঙকম) দা লেপই। করম্বা থোঙদা মখোইনা চঙগনি। মখোইমা খনকম থোকই। অক ক্ষত্র খনলিবতুনা মপুন্সি অচু শোকহনলি। পুন্সিগী থবক খনগনি; থরনা পুন্সিগী লোইনগদবা খনগনি।

মখোইগী সমস্যা, আশা চাওবা, অপাম্বা অমসুং অকিবতু ঐখোইনা নৈনগনি। মখোইগী পুক্নিং অমসুং থমোই অচু খঙবা ওম্নবা হোৎনগনি। ঐখোইনা মখোইগা অমতা ওইনা লৌগনি।

## অঙাংশিংগী অইবা নমুনা

১। চহি ৪ নত্রগা ৫ শুরবা অঙাংশিংগীদমক্তি অঙাংশিং নত্রগা শাশিংগী রারোদা অচুম্বা উৎথোকপা মথন ইবিবা চুমই।

২। চহি ৬-৮ শুরবা ইনথৎলকপা অঙাংশিংগীদি প্লোট থয়া য়াউবা রারি, অতেনবা ভক্তিগী আর্টিকল, মহৌশা নত্রগা বিজ্ঞানগী আর্টিকল ইবদা আধ্যাত্মিক য়াউবা, লম অতৈদা লাইনীঙ লম্বী শন্দোকপগী রারো, Quizze ( পাংথোং, ফাগী তৌনবা ) ইতুনা পাহনগনি। পাথোং কোৎবা তম্বীগনি।

৩। চহি ৯-১২ শুরবা থৌনা লৈরবা অঙাংশিংগীদমক অঙাং-শিংগী রারিদা পাউজেল য়াউবা, থৌনানা থনবা, ভক্তিগী আর্টিকল, পুন্সি রারো, মহৌশা অমসুং বিজ্ঞানগী রারোদা আধ্যাত্মিক য়াউহনবা, থবক তৌবা নত্রগা শেম্বদা করিগুম্বা অমা তাকপগী রা, পাথোং, filler ( মথক্তা পনম্লে ) ইরগা পাহনগনি।

## নহা ওইবা মীওই

১। হাইস্কুল কাওবু চহি ১৩-১৬ শুবদা মখোইগী চহিসি শুবা নহারোনগী বারী ইবদা থোনা, লাইনীঙ লম্বীগী পাউজেল, প্রেম শন্দোকপা আর্টিকল, মহৌশা অমসুং বিজ্ঞানগী বারীদা আধ্যাত্মিক শন্দোকপা, পুন্সি বারী, অথমবা ফিচরগী আর্টিকল হায়বদি ধর্মগী লাইরিকশিংগী ইতিহাস, ধর্ম শন্দোক্লিবা মিশনশিংগী ইতিহাস অসিনচিংবা ইতুনা পাহনগনি।

২। কলেজ কাওবু হায়বদি চহি ১৭-২০ শুবা মীওইদা মথাগী বারীশিং ইতুনা পাহনগনি—ঈশ্বর থাজবা অমসুং হায়বা ইনবদগী নহা ওইরিবা মুপী মুপানা থুদোংথীবা নমহৎথিবা, ধর্ম শন্দোকপা মীওইগী পুন্সি বারী, মহৌশা অমসুং বিজ্ঞানগী বারীনা আধ্যাত্মিক পাউজেল শন্দোকপা, অথমবা মওংগী আর্টিকল হায়বদি নহারোনগী প্রোজেক্টনচিংবা —

---

(৮) লাইরিক নীংথিনা হৈত্রবা মীওইশিংদমক ইবা—

লাইরিক থরদমক থওবা মীওইগী অর্থ করিনো ?

Semi-literate ( মপুংফানা হৈত্রিবা ) নহারোন মথন অনীলৈ : (১) Adult ( ইনথৎলক্লিবা ) গী মতাংদা লাইরিক পাবা তমখিবা নৌনা লাইরিই থরা ফংলবা ; (২) মচেৎ থরা ওইনা ইবা পাবা ওম্বা হায়বদি মহৈ তক্ষমশওদা অতাং ওইরিবৈদা চহি থরা তমলুবা, তৌইগুম্মুং মতমচুদগী ইপা পারকত্রবা মীওই।

অসিগুম্বা মীওই মথলদা ইবা করিগীদমক কান্নরিবনো ?

অসিগুম্বা কাওবুশিংনা পানীতাই ইরৈ লৈতে। ইচম চম্বদি অপিকপা অতাংশিংগীদমক চারৈ। লাইরিক ইবা পুম্নমক্তা অচম্বা style দা ইবা পামদে। মখোইনা অপাকপা বহৈ বাতা অমসুং চমম্নবা বাহৈ পরেং শীজম্নবা পামই। অইবা ওইনা মমিং থম্বা পামই। ইবা পাবদমক ওম্বা মীওইগীদদক অইবা মথল অমা চংই।

Adult (ইনথৎলক্লিবা) মিলিয়ন কয়া ইবা পাবা নীংথিনা

ওমদনা লৈরি। মখোইনা করি পাগনি ? অচৌবা challenge (শিংনবা) অমনি। ইপদোৌরিবা মীতুনা মথন্তনা চম্না অমস্তুং ময়েক শেংনা কোওদোক্লবদা থওই বিক্লবা অপাবা কাংলুপ অসিদা নীংথিনা অচুম্বা অতু শন্দোকনি।

## মখোই করি মানলি ?

১। মখোইসি থরা চাওরক্লবনি। মখোইশি লুহোংলে অমস্তুং মচা লৈরে। পুন্সিদা লাইরবা, অবাবা অমস্তুং অনংবা লৈ হায়বা মখোইনা অণ্ডাং নন্তবনিনা থওলে।

২। মহৈ রাংলবনিনা মখোইনা হন্থনা থজবা অমস্তুং অর্থ য়াউহজদবা য়াউক্ররে।

৩। মখোইসি য়াম্না sensitive (জ্ঞান তাগনবা) ওই।

৪। মখোই অসি জ্ঞান মুম্নবা, লৌশিং শিংলবা অমস্তুং কজবা বিচার তৌবা ঙম্নবনি।

৫। পুন্সিগী সমস্যা কয়াগী পাউথুম থীরি।

## করিদা মখোইনা থরায় য়াউই ?

মখোইগী পুন্স শেমগৎপা পোৎশকাশিংদা থরাই য়াউই। থুঙ্গংগী লমদা লৈবশিংনা লৌথোইবা, মরু হুনবা, ঈশিং শিংপা—শা ষণগী অনাবশিং, থুঙ্গংগী কিশ' লোনশা, বর্ণ থায়বা, লুহোংবা, শিথিবশিংদগী মথৌ মওম তৌবা, লাইনীঙ লম্বীগী শৈরেং অমস্তুং আমানচিংবদা থরায় য়াউই। সহরদ লৈবশিংনা ত্রেম্না লমকোয়বা, বস অমস্তুং রিক্সানা চৎপা, চাউনা লুহোংবা, কোর্টকী বিচার, লায়য়েংশঙ, কারথানা অমস্তুং মেচিনগী তুকাম্নচিংবদা থরায় য়াউই।

## মখোইগীদমক ঐখোইনা করম্না ইগনি ?

১। অণ্ডাংগী ইবগুম মখোইগীদা ইবা য়াদে। মখোই অসি experience (থেংনবা জ্ঞান) রাংলবস্থ অহনশিংনা হায়কেৎ মাম্নরে থম্বনা ইগনি।

২। মখোইনা পুক্লিংচংবা অমস্তুং সমস্যাশিং অতু তমগনি।

৩। মখোইবু মুংশিয়ু অমসুং মখোইবু খঙনবা থিয়ু—অচুদগী মখোইগীদমক ইয়ু। মীওইশিং অসি ইশানা খঙত্রবদি মখোইগীদমক মপুংফানা ইবা ঙমলোই।

৪। চম্না ইয়ু:

(ক) অতেনবা ৱাহৈপরেং শীজিনৌ। চাওরাক্পা ৱাহৈ ১০ শুদনা ৱাহৈ পরেং শাহনগনি।

(খ) অতেনবা অমসুং অরাইবা ৱাহৈশিং শীজিন্নগনি।

৫। থবক পানবা ৱাহৈ শীজিন্নগনি। Passive verb শীজিন্নরোই। মশক উবা, অথন্নবা ৱাহৈ শীজিন্নগনি। মরুওইবা ভাব অমদা ৱাথন অচু চংশিনগনি অমসুং ফিরেপ অচু শেংনা লেপকনি। হঞ্জিন হঞ্জিন শীজিন্নরোই।

৬। অনৌবা অমসুং ময়াম্না শীজিন্নদবা ৱাহৈ থুদিংমক মকম অচাবা য়েংহৌনা মঙারক শীজিন্নৌ। অপাবনা মচু পারকপদা খঙলকনি। ৱাহৈ ১০০ দা অনৌবা ৱাহৈ ৫ থক শীজিন্নবদা করিসু কায়দে।

৭। থোদোক নত্রগা পোইন্তশিং অচু মথাগী পাম্বৈশিংনা শেংনা লেপহনল্লু:

(ক) নম্বর ১, ২ অমসুং ৩ থাদুনা

(খ) অচম্বা outline ( মওং উৎপা লৈই ) য়েকতুনা।

অইবা কাঙবুশিং অসিগীদমক্তা করম্বা মওং শীজিন্নগনি ?

মখোইদা চাম্নগদবা মওংশিংদি—(১) ৱারী, (২) ঈশৈ অমসুং (৩) ড্রামাশিং অসিনি।

## পান্নীংনবা করম্না ইগনি ?

১। মখোই কদাইদা লৈ হায়বদুনা হৌগনি। ৱারী, ঈশৈ নত্রগা ড্রামা ইবদা মখোইদা চাম্নগদবা setting (থম্বগী মওং অমসুং মকম মতম) শীজিন্নগনি।

২। ইরিবচু মীগী মুঙাইনবা হাপতুনা মমিং থোনবদগী অমসুং অহানবা পারাদগী লোইবা কাউবদা হোংনগনি।

ক—ইশাগী ওইবা বাহৈ শীজিন্নৌ। কনাগুম্বা মীগী মমিং, কনাগুম্বা মী তাকপা প্রোনাউন, অথবা gender ( মুপা মুপী খঙনবা ) হায়বদি ভাক্তর, নর্স. মতৈ মনাউ শীজিন্নহনা মুঙাই-হনগনি। মী নত্রগা প্রজা হায়বা চুমদে।

খ—পুন্সিগা মান্নবা বারী শানবছু শীজিন্নগনি। অপাবা মীশিংদা character শিংনা ভাঙলকপা চপচাবা বাহৈশিং তাহনগনি। অপাবগী পুক্রিং মতৌ অসুম্না চাংশিনগনি। আর্টিকল অমা নত্রগা tract ( ধর্ম্মগী হীরমদা তেম্না ইবা রচনা ) অমা ইবদা হীরম অদু নৈনবা লমচৎ অমী থম্বা য়াই।

গ—অপাবশিংদা হাকথেংননা কৌ। অসিগুম্বা থুদম শীজিন্নৌ :—"মসিদা চেকশিন্না খঙ্গৌ।" "সমস্যা অসিদা ঐখোই খন্থসি।" পুক্রিং থিংজনহনলু।

ঘ—অপাবশিংদা বাহং হংউ। থুদম ওইনা "মসিদা নংহাক খন্থখ্রবরা ?" "মসি নখোইদা করিগুম্বদা থোকখ্রবরা ?"

ঙ—নখোইনা বারী ইবদা dramatic ওইহনলু। অপাব-শিংদা থোক্লিবহুদা হায়গণু তশেংনা উহনবগী মঙংদা ইয়ু। অপাব মীশিংদা থোক্লিবদু উহনলু। মখোইবু ফাউহনলু। থোক্লিবা ময়াইকাবা অপুম্বা লৌশিনহল্লু।

---

## (৯) বারীমচা ইবা—৯

মমাংদৈগী সাহিত্যগী মওং ১ক ওইবাদ বারীমচানি। বারী-মচানা fiction=উপন্যাসকা থোইনা থেন্নদে। বারীমচাদু পাকথোকহনলগা উপন্যাস ওইজরকই হায়বসি উৎচারি। ইনবগী আর্ট ওইনা অনীমক পান্নরি। বারীমচাগী শাগৎলোন, নিয়ম অমসুং নমুনা লৈ। নিংথনা শেমশারব বারীমচাদি পুন্সিগী থোদোকশিং পুল্লপ্ন পী অমসুং অপাবদা ফাউহনসি।

বারীমচা হায়বাসি নীতি অচুম্বা উৎপা parable ( পাউতাক বারী ) নি। মসিদগীসু হনলি। পাউতাক বারীদা তেনমনবনা

charactrisation ( চরিত্র উৎপা ) তেনমনলি। লমচৎ পুম্বা মুঙাইতবা, চপতিংবা ওই। বারীমচাদা মরুওইবা মচৎ পুম্বা মশক নাইদুনা অশেংবা পুন্সি ওই।

বারীমচা হায়বসি দৃশ্য য়াউবা অমানি। মসিদগীসু হেনলি। অমাদা ভাবকশিংনা কুম্লীবা মীশিংনা করি মানবা, করি হায়বা অমসুং করি তৌবা হায়বদুদা করিগুম্বদা থক্কই। বারী মচাদা অইবনা অপাবশিংগা পুক্লিং, থম্মোই অমু বারী—মীওইশিংগা চায়না শরুক য়ামিন্নি।

বারীমচা কল্পনানা শেমগৎলি। মদুদগীসু হেনলি। কল্পনানা শেমগৎপদি পুন্সিদা লাপথোকই তৌইগুম্বসুং বারী মচাদি অশেংবা মশক্তা চংশিনলি অমসুং মীওইবগী পুন্সি অমসুং লমচৎকা কাউংদোক কাউজিন তৌই।

বারী মচাদা বাহৈ ২০০০—৫০০০ য়াউই। পম্বং, অমতমক, সমস্যা অমতমক অমসুং বারী পরীং অমতমক লৈ। বারীমচাদা character ( চরিত্র ) কীরম, থবক নত্রগা পুক্লিংগী কীবম অমসুং অকোয়নগী ফিবম লৈরি।

বারীমচা অনীথোক্না থায়দোকই।

১। Escape ( নাস্থোকপা )—ঐথোইদা মুঙাইহনলি। য়াংথোকহনবা অমসুং শাজনবা উৎলি। পুন্সিগী অশেংবা মশক্তগী লাপথোকহন্দুনা ভাবনা শাবরোমদা পুশিনলি। ঐথোইগী সমস্যা কয়া কক্না কাউহনলি।

২। Interpretative ( ব্যাখ্যা তৌবা মওং )—পুন্সিগী মিৎয়েং পাকথোকহনলি। মীওইবগী লমচৎ অমসুং তৌনশাদা কাউজিনবা মীৎয়েং শী। মর্থকীগুম্ব কল্পনানা শাগৎলবসু অশেংবা অপাক্তা ঐথোইবু পুশিনলি অমসুং ঐথোইগী সমস্যা থক্কনলি।

অইবা মীগী গুণ—(১) শম্বা পম্বদা অইবা মীদুনা বাখন থনবা, কুপ্পা য়েংশিনগনবা, (২) মী অহৈবু মুংশিগনবা, (৩) মীওইবগী মওং, লমচৎ অমসুং সমাজিক সমস্যা থজবা, (৪) শম্বা

মাগী পাউজেল অদু অপাম্বদা থগুহনবা, (৫) মাম্না পাগনবা অমম্নুং চাংনাইনা ইবা, (৬) পুন্সিগী থেংনরকপদু লৈবা, (৭) মাগী হীরম অদু মুংশিবা, (৮) মাম্নীমচা ইবগী নিয়ম পুম্না থগুবা, (৯) কম্না নোম্বগী মাখন লৈবা অমম্নুং (১০) ইবগী থবক চথবদা মানা চংলিবা লাইনীঙ লম্বী অদু কুপ্না থগুবা—

ইরিবা মীতুগী তোপ তাম্না মগুং লৈগনি। পুন্সিদা মাগী view point অমা থমগনি। অতৈনা ইবদগী থেম্নগনি। মথম্না ওইজবা অমম্নুং অতৈদগী শীম্নদবা হায়বদু চথকম থোকই।

নবেল অমম্নুং ফিক্সন ইবা—মাম্নী, নবেল অমম্নুং উপন্যাস ইবগা অতৈ ইবগা থেম্নৈ। থুংই মম্নায় অপাবগী পুকানংদা পানলি অমম্নুং মাথুন্দা ঈথন পী অমরোমদা ফিক্সন কাগুলুপনা অপাবগী থমোইদা পানলি অমম্নুং ঈথক ইপোমদা কাউহনলি। ফিক্সন মগুবনা অপাবস্ন পনহনবা; ফিক্সন্না কাউহনবা পি।

| | | |
|---|---|---|
| ফিক্সন নগুবা | — | ফিক্সন |
| পুকানং [ মাখন ] | — | থম্মোই [কাউবা] |
| থম্মোই [থম্মোইদ, কাউবা]— | | পুকন্নিং [মাখন] |

মাম্নী ইবাস অমাইবনি থন্দুনা মী থমনা ইনৈ। মাম্না লুই হায়বা থগুদে। অইবহুনা মথাগী চংগদবা মচলশিং থগুম্নবদি নীং-থিনা ইবা গুমদে। মথাদা মচলশিং অদু লৈনরি :—

ভাবনা শাবা—নবেল অমম্নুং ফিক্সন ভাবকী পোথোকনি। মাম্নী হায়বসি অইবগী পুক্নিংদা পোকই অকবা অইবনা মাম্নী অদু চুম্বা ম মহনলি। মসিগী কলনা অপাবশিংনা পুকনিং চংদুনা করেক্টম পুম্বা চুম্নবোই নীংই। মথোইদা থোকপদু মগোম্দা থোকপোই থনলি। চুম্না থনলিবসি পুন্সিগী থেংদোকা কাউদোক কাউজিন তৌবনি।

Characterization ( লমচৎ মগুং ) মী। মাম্নী ইরিবসি মীগীদমকনি। মী মথন থেম্নৈ; মীংম্নোং অমম্নুং মাখন মাম্নদে; থবক

মতৌ থেদ্নে। মী অমনা থৌনা কৈ অমস্তুং থংনগনলি, অমনা ঔকাইগনলি অমস্তুং কিগনলি। থরনা তপাই, থবক শুগনলি, অতোপ্পনা তনলি। মী পুম্বা থেদ্নে, মরম কয়াদা অমগা অমগা react [ হন্দুনা তৌবা ] থোকনৈ। পাম্নবা নত্রগা পাম্নদবা থোকই। রাথন অমস্তুং মিহুন থেন্নবা মীওইশিংনা উনবদা থৌদোক কয়া থোকই। মী মথন কয়া বারী অমদা থম্বদা থৌদোক কয়া থোকই অমস্তুং বারী অদু মুঙাইহল্লি।

য়েক্লিবসি নীংথিনা য়েংউ বারীদা ক য়েংউ। বারীদা মপুং ওইরিবসি ক নি অমস্তুং কয়া মরু ওইদবা খ অমস্তুং গ নি। মখোই থুদিংনা অমনা খ গ অমদা এক্ট তৌদুনা রিএক্সন ও থোকই। [ ক না খ দ', খ না ক দা, খ না গ দা, গ না খ দা তৌনৈ। ]

Reaction [ অমনা অমদা থবক তৌবা ] শিং উৎপা অরাইবা নত্তে। মরম অসিনা ইবা তৌগংলক্লীবা মী অমনা বারী অমদা মী ২ নত্রগা ৩ দগী থেন্ন উৎকনি। মখোইগী মরী লৈনবদু অপাবদা ফজনা থঙহনগনি। থুদম ওইনা মী অনী অদু মতৌ মনাউ ওইবা য়াই নত্রগা থবক মপু নত্রগা তৌরিবা মী অসিগুম্না মরী লৈগনি।

বারীদা লৈরিবা মীশিং অদু থেন্নরবস্থ মখোইনা নমুনা অকক্লবা অনগী মতুংইন্না থবক তৌই মাসবু করেক্টর [ লমচৎ ] কৌই। মী থুদিংমক তোপই অমস্তুং ব'রী লোইবা ফাউবদা শক্তম লৈ—হায়বদি লমচৎ অমস্তুং শক্তম মতুংইন্না থবক তৌই। থুদম ওইনা পোৎ থু দংদা বাগনবা মী অমনা থঙতৌদনা মুঙাইথোকপা য়ারোই। মঙেন্দা থুনা অহোংবা পোকল্লে অমস্তুং করিনা হোংহনলিবনো হায়বদু ময়েক শেংনা উৎকদবনি।

বারীগী মী অইবনা শেমগনি। মখোই অদু শেংহন্নবা মীওইবগী trait [ শকথঙ থুদম ] হাপকনি। মরুওইবা করেক্টরদা থোইদোক

হেন্নোকপা শকথঙ খুদম অমা অমসুং অতৈ হন্বা থমহু হাপকনি। অতোপ্পা মীবসু খুদমশিং হাপকনি তৌইগুবসুং নায়ক নত্রগা নায়িকা অচুমা অতৈদগী হেন্নোকপা শকথঙ খুদম হাপকনি। মরুওইবা খুদমদি থৌনাকবা নত্রগা অমম কনবনি। অতোপ্পা নুপা অমনা ওয়তৈনবা খুদম হায়বদি কিগনবা নত্রগা থৌনা য়াউদবা ওইগনি। অসুম্না পুক্নিং চিংশনগনি।

বারোগী মীদা থোইদোকপা মশকশিং নত্রগা mannerism (ইতৎতত্তনা লৌচৎ মায়বা) হাপকনি। মী ওইনা মসিনা মথোইদা উইহনগনি। নুপী অমনা বারো শাবা মতমদা মতম পুম্বদা ফিবম কায়না নোকই। মশাগী ওইবা লৌচৎনা লমচৎশিং অচু অশেংবা নুপা অমসুং নুপী ওইহনলি।

নহাক্কী বারোদ মী শেম্নবা তুংদা নংনা পীবা খুদমশিং অচুগী মতুংইন্না মথোইনা থবক তৌই। করেক্টর অচু ওয়তৈননা মথোইনা তৌবা য়াদে। নংনা অনীংবা মওংদা চুম্না লেংহনবা লাইকদিবী গুম্বা নত্তে। নঙোন্না মথোই অচু অহিংবা নুপা, নুপী অমসুং অঙাংনি। নংঙোন্দা মথোইনা অহিংবা ওইনা লাকই।

মংঙাক অমসুং অপাবা মীদা ইরিবা বারোগী মীওইনা করম্না অহিংবা ওইনবা ইগনি? নংহাক্না মী অমসুং অকোয়বদা লৈরিবচু নীংথিনা থঙগনি। নংনা শম্নদবচু করম্না ইগনি। নশানা হৈনদবচু করম্না ইগনি; ইনব চোংনগম্ব নংহাক নশানা লায়য়েংশঙগী নিয়ম অমসুং লায়েংবগী থেংনগদবচু খঙদনা ডাক্তর নত্রগা নর্সগী মরমদা ইক্নগনু। নংনা গুপচৎ চত্রিবা লম অচু বারোদা হাপকনু। চৎনলোন অচু নঙোন্দা থুঙলোই।

মীতৈগী সমাজ চৎনলোন অমসুং মহৈ-মশিং, শিনফম অমসুং অথপ্পবা হৈনবা, অপাম পামদা, পাঙল অমসুং অশোনবা, পামজবা থবকশিং অ-সুং পুন্সিগী পান্দম নংনা খঙগনি। মথোইচু করি মানলি, করি শেংলি, করি থনলি অমসুং করিগীদমক থনলিবনো

অমসুং তৌবিবনো চায়বচু খঙগনি। মখোইনা বারী শানবা মওং, খোঙ্খেলগী মখোল, শীক্সিন্নরিবা বাহৈ অমসুং চৎলিবা লম্বী নংনা খঙগদবনি। মচীন পংখি থীবরা নত্রগা বাখন খনত্রা, কাগী পুৰরা নত্রগা অশেংবরা, মুত্তাইবরা নত্রগা ওৎপ্রা, অত্তনবরা আশা চাওরবা, নোল্লুকপরা নত্রগা নাপন কান্ত্রা, থোঙাল হৈত্রা নত্রগা তমথীবরা চায়বচু লৈংথীমা খঙগদবনি। করেক্টরশিং ফজনা খঙনবা মখোইগীদমক নংগী পুক্নিংগী মিংয়েংদা উশনগদবনি। মখোইনা চৎপা, থবক তৌবা, তংবা, থনবা অমসুং বারী শাবা নংনা খঙগদবনি। নংঙোন্দা মখোইনা অহিংবা মী ওইরবদা নংনা অখঙবচু বারীদা য়াউহন্দ্রিহৈদা ইশিনগদবনি।

বারী ইরকপদা অপাবশিংদা নংগী করেক্টরশিং অচু করি মানবগে হায়দোকচু—মখোই করিনো হায়বচু উংলু। অপাবদা মখোইনা তৌবা থবকশিংনা উৎলু। অসুম্না ইগম্লু। “তোম্বা য়াম্না পাখৎকনবা নচা অমনি। কনাগুম্বনা মাবু মিনট ৫ দং ঙাইহনবদা শাউরকই।” মসিগুমনা ইবাস মুত্তাইত্তে মরমদি তোম্বনা করি মানবা হায়বচু উৎপগী মহুত্তা মাগী মরমদা বারী শারে। মসিগুম্না ইবা চুমই : “তোম্বনা কাকি থককমদা চৎপদা ওহাক লেপ্লগা ফুনলক ওইনা মাগী থুদাং যাড়িদা য়েংই” পুঙ মরিগা মিনট ৫ চৎরে ··· ··· অমসুং কমলনা পুঙ মরিদা চপচানা উম্নাস হায়খি! মসিগী মতুংদা মানা অমুক হায়বদা ঐ থক থাজররোই! মাগীদমক ঐহাক কেমিষ্ট্রি ক্লাস ককথৎপাস অমাঙবনি!” অসিনচিংবা

করেক্টরাইজেসনগী আর্ট তমনবা অশেংবা পুক্নিংগী মী মশক কুপ্না য়েংগনি। মখোইগী মচৎ, মশক মতৌ, মাইথোঙ অমসুং কোঙদোকপচু মুন্না য়েংশনগনি। কয়মনা কী শেংপগে য়েংগনি। মখোইনা বারী শানবা অমসুং নোকপচু তাগনি। মখোই করমনা চৎপা অমসুং ফমথবা হায়বচু য়েংউ। মখোইনা নোকপা অমসুং

থুং শোক্লবদা কাউবদু য়েংউ। মখোইনা চাৎরিবদু কোংদোক্লবা
পিগুম গুকতোকপা, থুং শোকপদা থুদোং থীরবা নত্রগা পাখৎপা
চায়বদু পুক্লিং কোঙদোকপদু য়েংউ। পোৎশকশিং অসিনা মখোইগী
লমচৎ অমসুং শক্তম উৎলি। নংগী মিৎনা অশেংবা মীশিংগী মচৎ
অমসুং মগুণ অদু খঙবদা বারীদা মখোইগী লমচৎ শেম্বদা মচাক
লৈগনি। অদুগা মইহৈ য়ানগনি।

(কজনা ইরবা কিস্মনাশিং লৈনদুনা পাত্র পাত্রী, নুপা নুপীশিং
অদু অশেংবা ওইহনবগে চায়বদু খঙউ।)

প্লোট (লীলাগী বারী নত্রগা পাম্বৈ)

নংগী বারীদা য়াউগদবা মী অদুনা নংঙোন্দা শেংলবদা
মখোইগী মরমদা ইবা বাত্রে। বারী অদু মরু ওইবা মচৎ 'Pro-
tagonist'=থবক তৌরিবা মীদুদা তাংদুনা লৈবদা য়াই।
প্লোটকী থম্মোই অদু মী অসিগী মায়য়োক্লগদবা সমস্যানি। সমস্যা
অসিনা মী অদু পন্থুং য়োৎন্দে খেন্নাইনবসি মী অদুনা মাগী কিবম
নত্রগা অতোপ্পা মীশিংদা রিএক্সন থোকহনবদা উরকই। মাগী
রিএক্সন অদু নংনা পীবা মশকশিংগা চায়গনি। অতোপ্পা ব'হৈদা
পনলগা মানা ওইরিবা অদুগী মরমনা মানা থনব অমসুং থবক
তৌবা চুমই। সমস্যা অসি য়াম্না লুই, মসিদা নীংথিনা উৎত্রবদি
কিস্মনগী অকবা প্লাট লৈরোই।

মরু ওইবা করেক্টর অমসুং মাগী সমস্যা অদু অচানবদা
চৌদোক্লনি। অদুনা অপাবনা বারী অদু কাংগী মরমদনো চায়বা
থুনা পুথোকই। মসি থবক অমসুং বারী শানবগী মতুং ইন্না
তোগনি। মী অসিগী মরম অমসু থুদোং থীবদু চায়দোক্লোইদবনি
—মাগী সমস্যা অদু করম্না কোকহনগনি চায়না চোৎনম্মু।
মসিনা বারীদা tension (পুক্লিং ঈথক) গী মচল অমা চাপ-
চিনগনি। অপাবগী পুক্লিং চায়গৎহন্দুনা করদোনা সমস্যা অদু
কোকহনগে চায়বদু খঙনীংবনা পারগনি করেক্টর মম্নাগী

মরক্তা অমনা ( স্নেংখীরিবতুনা ) থোনাকবা অহুবু থিংহুনা পন্থুং য়োইজ্রবদি মাগী পুক্নিং ঐথক অমসুং থরায় য়াউবতু হেনগৎলি।

য়ারী অসি অহুম চাওখৎপদা থুদোংখীবা হেনগৎলি অমসুং পুক্নিংগী ঐথক হায়গৎলকই। হন্না কন্না মাগী সমস্যা কোক্নবা হোৎনরবতু থোনাকবা নিপাতু পন্থুং য়োবা ওমদে। লৈমহুম লাপথোকই। মহাক মায় পাকত্রে অমসুং পুন্নমক মাঙলে। মসি crisis ( অক্নবা মতাং ) কৌই। অহুদগী মতৌ অহু মানা অয়োই-বদা হোৎনবদগী থংকোং হোঙলকই। মসি মাগী লমচৎকা চানগনি। মশাদগী তোঙানবা লাইনা পীরকপওম্বা ওইরোই-দবনি। থেজাইনবতু মমুৎতানা কোকহনগনি। ধর্ম্মগী য়ারীদদি কোক্নবা পাইম্ব অহুনা কান্নবা আধ্যাত্মিক পায়া অমা তম্বীগনি। সমস্যা অহু কোকহনবতু climax ( থাইগী মতোন ) কৌই। মসিগী মতুংদা য়ারী অহু লোইরে।

## ডাইলোগ ( য়ারী শানবা )

য়ারীদা মী অনী য়ারী শানবা য়ান্না মক ওই। পাবা লায় অমসুং সুংঙাইহল্লি। য়ারী শানবদগী অপাবশিংনা লমচৎ অহু করি মানলি অমসুং অমগা অমগা করি থেন্নৈ হায়বতু উরকই। য়ারী শানবা অসি সমস্যা হৌদোকপা অমসুং য়ারী মতাং পুশনবদা চংই।

মহৈ য়ান্নবা য়ারী শানবতু নংনা ইরিবা মীহুনী মরমগা চানবি। অঙাং শিশক অমনা মথকী বাঙাঙ নত্রগা কুলি নত্রগা কলেজগী ওঝাওম ঙাঙলোই। থুলংগী অঙাং অমনা সহরগী অঙাংওম ঙাঙলোই। তোঙান তোঙানবা মীওইনা তোঙান কোঙ নঙাঙই হায়বতু খঙগনি। করেক্টরশিংগী য়ারী শানবতু মশক তোপহনগনি। মতুঙদা অপাবনা য়ারীগী মীওই তাগনি অমসুং চপচাবা য়ারীদা তাবতুওম্না থোন্নাংনা য়ারীগী মীনা ঙাঙবতু তাগনি।

## Setting ( অকোয়বগী বা ) অমসুং পুক্নিংগী মওং

য়ারী হৌগৎপদা মকম অমসুং মতম ইগনি, মতুদা অপাব-শিংনা করম্বা মতমদা অমসুং কদাইদা থৌদোক অহু থোক্নিবগে

থদই। বারীগী পুক্সিং মওং অছু য়াংবা নত্রগা বাখন চংবা অমসুং অরুবা ওইগনি। হৌবদগী বাখন মওং অছু ইচম চম্হনগনি।

### লেপকদবা ফিরেপ

ইবা হৌব্রিরৈদা করম্বা ফিরেপ্তগী নবেল নত্রগা কিস্সন অছু ইগদৌরিবনো হায়বছু লেপকনি। কলাকার অমনা মাগী লায় অছু থুদোংচাবা মওংদা করম্না রং থাগদগে লেপকদবনি। বারী পুমনমক মরু ওইবা করেক্টরগী মিত্তগী ফিরেপ লেপ্পে।

লেপকদবা ফিরেপ লেপ্লবসু বারীছু লোইবা কাউবা বারীছু চথগনি। মরু ওইবা লমচত্তা অইবছুগী মশক লেপকনি। মহাকী মিত্তা উবা অমসুং নাদা তাব হায়বসি অইবগী মথৌনি। নংনা থত্তবছুদা ইয়ু। ফিরেপ অদগী অমদা হোংবদুদি ফিরেপ অবথক্তা থম্বনা বারী অছু মহৈ য়াম্নবা অমসুং মশক শেংবা উই।

বারী, ফিক্সন অমসুং উন্যাসাশংদা অইবনা উৎনিংলিবা অচুম্বা অদুনা পক্নুং ওই। মত্তিকচাবা হৌরম কয়া ওইবা য়াবগী তাঙ্গা য়াম্না লৈ। পুন্সি অসি কুপ্না য়ংউ অমসুং বাখন লেপ্পদা লমজিং-বিনবা ঈশ্বর থুরমউ। নংগী হৌরম অছু চাওথংহনবদা ময়েক শেংনবা হোংনৌ। বারী নত্রগা উপন্যাসতা করি হায়নবা হোংনরিবনো হায়বছু বাহৈপরেং অমদা ইথোকউ। নংনা থনলিবছু মসিনা ফজনা শেংদোকনি।

---

## (১০) রেডিয়ো স্ক্রিপ্ত ইবা
## রেডিয়ো থণ্ডহন্নবা পাম্বৈ ওইনা

করিগুম্ব অমা প্রজাদা থণ্ডহন্নবগী অকবা পাম্বৈদি রেডিয়োনি।

মসি থুই। রেডিয়ো ঈথক্না সেকেণ্ড অমদা মাইল ১৮৬,০০০ চংলি। সেকেণ্ড অমদ জগৎ অসি ৭½ হন্না কোই।

মসিগী য়োবণ্ড্বা মফম পাকই। থুদক্তা লম য়াম্না য়োই। পৈশা তিংদে। মতম অমত্তদা মী য়াম্না য়োই। অতৈ থাদোক্লবা উপায়শিংদগী মানা পৈশা ইতিং তিংদে।

রেডিয়োগী মতেংনা থানিংবা পুম্বা চৎপা ওমলোইদবহুদা থুনা শন্দোকই।

### রেডিয়ো স্ক্রিপ্ত রাইতবগী দরকার

মুংশিন্বা পাউ থাজ্রিবৈদা ফজনা ইগদবনি। লাউথোক্লীবহুনা নাম্না অমম্তুং শেংনা পাগনি। ইরিবা মীওই পংম্নাম য়ামদে। নীংথিনা ওমগদবনি।

টবগী পুক্লিং—ইবগী মগুণ অদু পুক্লিংনা লেপই। স্ক্রিপ্ত ইজ্রিবৈদা ফজনা শেমশাগনি। মী খরনা রেডিয়ো প্রো'গ্রাম অসি মাটক মখাংদা ওাওবগী ভাবতা ই। মসি মথিক চাদে। অরুবা হীরম অমা মায়পাক্না মপুম্না থাদোকফদে। রেডিয়োগী অফবা বাৎমনলি হায়দুনা মী থরনা ইরিবহু অফবা পুক্লিং ওইরবস্থ মতিক চাদে। অরোইবদা খরনা থম্মোইদা চাক্লীবা পাউজেল অহুমীদমক ই। মসি অচুম্বা পুক্লিংনি। মন্থুংগী পুকচেন অসি পুম্নমক্কী ওইনা চংলিবনি।

### মেডিয়ম (থাদোক্লবগী) জ ন

অশেংবা পুক্লিংনা মায়পাকনা টবা ওম্নবস্থ থাদোকদৌরিবা পোৎসিগী ওইবা ওম্বা অমম্তুং অবাৎপা অনীমক থওদোকনি। প্রজানা অইবগী পাউজেল অহু হোবদগী লোইবকাউবা তানীংদে হায়বা থওগদবনি। অতাবশিং অহু লাকই অমম্তুং চৎখি। মহু ফাবা মতমদা মথোইগী পুক্লিংদা অতৈ থবকস্থ লৈরি। মুপী অমনা রেডিয়ো তাবা মতমদা চাক থোংবা নত্রগা কোল ফেংব তৌরি। মুপা অমনা খবর য়েংবা নত্রগা অতোপ্পা station অমদগী অপাম্বা প্রোগ্রাম তানবা হোৎনগনি। নংহাক্কী ব'তুনা বাহনলবাদ মথোইনা নংহাক্কী পাউজেল তারোই।

টবা মতমদা উত্রিবা ভাবক অহু পুকনিংদা থুনগদবনি। তারিবা মীওইনা নংগী বা অহু থুদক্কা তাবনি, টনে। হীরম অহু মতীক চাহনবা অমম্তুং পুকনিং থীংজনহনবা ওইগনি। মথৌ চিনবা

মীশিং অচুগী পুক্নিং কাজনগনি। থুদঙ্গা মখোইগী বাশিং অচু মখোইনা থঙগনি। মখোইনা থঙঅবদি লামাই অচু য়েংবা নঙ্গগা নংঙোম্না বাহং হুংবা ঙমদে।

### ইবগী মেথোড

রেডিয়ো হায়বসি ভাব অমতমক হায়বদি তাবদনি। বাহৈশিং অচু অবাংবা মগুণ ওইগদবনি। চম্না ইয়ু, ময়েক শেংনা অমম্বুং চুম্না ইয়ু। মথোং মরম থঙদনা ইবদা কোইচেন চেনগম্মু। বাহৈ পরেং খুদিংদা বাখন অমথক কোঙউ। নুংনা ঙাঙবদৌনা ইয়ু তৌইগুম্বম্বুং কাম্নদবা বাহৈ লৌথোকউ। অকনবা ভাব শীজিন্নৌ। অশোনবা ভাব অমম্বুং পেসিভ ভোইস হন্দোক্কদবনি।

অঙাঙবা লোন অইবা লোনগা থেৈম্নে। স্ক্রিপ্ত অচু ইবদা বাহৈ করম্না ফহনগনি হায়বদু খনগনি। শ, স, ষ, ছ নচিংবা sibilant ( শগী খোন ) ওইবা বাহৈ য়াম্না শীজিন্নরোই। লৈ কোনসমবা বাহৈম্মু থাদোক্কনি।

মী অমদা ঙাঙবদৌনা ইগনি। চাম্না ইগনি। ললোন ইতিক তৌবা মী ; মখোইগী সমস্যা, ইমুংগী হুপী অমম্বুং মখোইনা পাংথোক্কদবা থবক করম্না হুংশিনা য়েংগনি। মখোইচু নংনা খঙই অমম্বুং মতেং পাঙনীংই হায়বা খঙহনগনি। মখোইদা ধর্ম্ম শন্দোক্লীবনি হায়না ইরোইদবনি। মখোইনা নঙবু খুনা তাস্থোক্কনি হায়না নীংশিংউ !

প্রোগ্রামগী মথন—রেডিয়োগী ইনবা লোইনা নাইত্রবা ঙমথে লৈ। প্রোগ্রাম মথন কম্না লৈরি, ড্রামা, ঈ পাউ পাবা, মহৈমশিং অমম্বুং কলচরগী থুদোলনচিংবা ! মথন মম্নাংগী মম্লুংদা ড্রামা অসি অমনি।

### ড্রামা স্ক্রিপ্ত ইবা

১। ইহান হানবদা নংনা অকবা প্লেট অমা চংই। প্লোট অমা য়াউদনা বাম্নী অচু মথং মথং শমজিন্নবা ঙমদে।

২। অতাবা মীশিংদা নংনা ইরিবা করেক্টরশিং অদু অশেংবা ওইহনগনি। মহৌশাগী ওইবা লম্বীদা য়ারোগী মীশিংনা তাগনি। খোকহল্লোবা মীহুনা করেক্টরশিং লোনবা অকবা মী থমগনি। অথয়বা মী অমগী খোজেল অদুনা চহি, সমাজগী মকম অমসুং লমচৎ ফোঙদোকই।

৩। ড্রামাগী সেটিং অদু য়ারো শানবা অমসুং অইবা চেদা তাক্লিবা খোজেলদা মশক লেপই। প্রডুসরনা প্রোগ্রাম অদু রেকোর্ড তৌবদা চংই থনবা sound effect ( মখোনগী কল ) হাপচিনবা ওময়ই। মসি তেকনিকেল ওই।

৪। য়ারোদা পনলোবা মী নত্তুনা দৃশ্য তোঙনবা নত্রগা য়ারো অদু মতমচানা পুথনবা পাউ তম্বীনবা অমা চংই। Narrator ( পাউতম্বা মী ) অদুগী মমিং চে ইবদা তাকনি। প্রডুসরনা ড্রামাগী করেক্টর অমা নেরেটর হাপ্পা য়াই। মসুম তৌরবাদ মহাক নমথেকপা মী ওইরোই।

৫। থাইগী মথক্তা য়ারো অদু ড্রামাতিক ওইহনগনি। দৃশ্য অদুনা পাউ তম্বগী মথক্তা উহনগনি।

রেডিয়ো স্ক্রিপ্ট শেম্বা অমসুং থাদনবগী রুলশিং—

১। অকবা চে শীজিন্নগনি। থেকচিনবদা মখোল থোকপা চে পাং শীজিন্নরোই।

২। চেগী লামাই অমত্তমকতা টাইপ তৌবদু double space ( পরেং ২ দা ) তৌগনি।

৩। চে পুম্বা থেকচিনলোই। অমনা চেথাউদা চপ্তিংনা ফাজনগা থাগনি।

৪। ওইথংবা শরুকতা অপাকপা মারজিন ( মপাল ) থমগদবনি। শেমদোকফম ওইনবনি।

৫। ঠিকানা অদুদা ইশাগী মিং থাবা চেথাউ অমা লোইননা Registered Post ওইনা থাগনি।

## (১১) ড্রামা অমসুং পালা করম্না ইগনি—

### অকনবা ড্রামা নত্রগা যাত্রা থনবা

অকনবা কুইশ্নে নত্রগা ড্রামা হায়বসি character শিংনা খোংদবা বাঙাং পীরগা অমসুং থক্নগী পাওতাক পীরগা ওইদে। মথোইসি বা ডাঙকম অতোংবা মকমগী ওই। অকনবা ড্রামা অমসুং যাত্রা অইবা অমনা মচাক কদাইদা চংলি হায়বা থগনা ই। করিগুম্বা থরদং প্রমাণ তৌনবা হোংদে। মতুংদি "সুংশিনবা হায়বদি করিগুম্বদা শোয়বা নত্তে," নত্রগা "লাইশোল তৌবনা পোৎপুম্বা ওনচাল্লে" নত্রগা কল্লক খেংলৌবনা কল্লক্লৌবা পোৎ অছু মাঙহনবদা নত্তনা মখামকতু মাঙহনলে (Othelo) হায়রী শানবা পুম্বা, থবক পুম্নমক, মচি ওইবা ভাবসি ঙাকদবনি।

### অর্থাবা অকনবা লমচৎ নৈতে

অইবতুনা character শিংতুনা করি উৎলিবা, মথোইনা করি মামনি, মথোইগী মপা মমানা কনানো, কীবম থুদিংদা মথোইনা পাওথুম করি পী হায়বতু থগই। মথোই অশেংবা মী ওইগনি, মথোইগী থবাক অছু ভাবনা উথোক্কনি। মথোইগী মচৎ অমসুং ঈশ্বরগী প্রভাব মথোইদা তাবনা কুইশ্নগী মায়কৈদগী মথোইগী মরুপ মপাংশিংগা ঈশ্বরগা মরী নৈনবতু থাজহনগনি। মতমপুম্বগী অচুম্বা অমসুং মীওইবগী তৌনশা অশেংবদা পীবা চুম্বদি অকনবা কুইশ্নে ওইরে। মসি তম্বা হোংনগনি।

ড্রামা নত্রগা যাত্রা য়েংবদা অইবশিংনা মথম করাগী character শিং হায়বদি ডাঙলিবা, থবক তৌরিবা, থনলিবা থুদিংমক মানশিন্না নত্রগা পুনশিনবা য়েংগনি। কুইশ্নগী অশোনবদি অইবনা মী পুম্বা type অমতা ওইনা লৌই অমসুং conflict (থেনাইনবা) থোকহনবা হোংদে। মতুংগী কনদি? "নৈরিক নৈতনা নৈ নৈতে!"

অইবা থরনা লেংদবা থবক (করিস্ত থোক্কবা) অমস্তুং পোইন্ট য়াউদবা ব'রী শান্নবা ইতুনা মতম মাঙহনলি। মথোইনা character গী মচত্না কীবম, বাথন মওং অমস্তুং লৈকম, মতাংনচিংবা উৎকদবনি। লমচংশিং অদু থাজহনগনি।

অকবা ড্রামানা মপুংওইবা character অদু মাগী মান্নবা কনবা অমা চাপতুনা লাম্বা তৌহনলগা অরুবা মতাংদা হাকথেংননা পুশিনগনি। Crisis (লুবা মতাং) অদু অসুম শাগৎতুনা উপায় অমা তৌতুনা তোকহন্দ্রিবা কাউবা চথকনি।

## ড্রামা অমস্তুং যাত্রা করম্না ফহনগনি ? (২)

### প্রদকসনগী মশক নৈনবা

প্রদকসন্দা টিম (কাংবু) গী ওইবা, শরুক য়ামিন্নবা, অমনা অমদগী তম্বা, মরূপ মপাংগী চেংশনবা অমস্তুং শুভাকাঙ্ক্ষীমন্নবা অসি চংই। পূম্বা তৌমিন্নবদা য়াউগদবা মী মথন থরদা য়েংশি।

### ডাইরেক্টর

ডাইরেক্টর অসি boss (মপু) মনি। লৈলা অদু কজনা উৎপা অমস্তুং য়ারিবশৈথ মরাম থক্তহনবদা য়াউরিবা মীবু মানা মচেং পীগনি। মৈ থানবা, stage (ফম্বাক) শেম্বা, ঈশৈ, কীজেং অমস্তুং শান্নরবা মীনা ভাবজ্ঞা শন্দোকপদা মতেং পাংবনি। য়াউরিবা মীশিং সজেসন পীবদা মানা পাংগনি অমস্তুং মরক মরক্তা directing (য়াথং পীবা) তৌগনি। শীজিন্নরিবা মচুশিংনা চংলকলিবা emotion (ঈপোম) অদু উৎপদা মচেং পাংগনি, অঙাংবা, নাপু, অমা কনাচিংবা মচুশিংগী মরমদা থম্বগনি অমস্তুং মশামক অদুগা শান্নরবাশিংদা মচুশিংনা কার উৎলবনো হংজিনগনি। মাগী থৌদাং শাকই

ডাইরেক্টরনা করেক্টরশিংনা করি তৌই, করিগী তৌরবনো? মথোইনা ভাঙলিব: রাহৈশিংদ কাথ বাথন য়াউই, অইবগী পুক্কংদা করি নৈ অসিনচিংবা থম্বগদবান করেক্টরশিং চাওথংলকপা

অমস্থুং মরী লৈনবশু হোংলকপা কুপ্পা য়েংগদবনি। Contrast (ওন্নবা) কী মরমদা চেকশিন্না থম্লগা য়াউগদবা মীওই নোংখনা থনবা অমস্থুং মখোইগী শক্লক অদু কৌনা পাংথোক্লবা য়েংশিনগনি। মাগী কাণ্ডবু লেমগনি।

ডাইরেক্টরনা মমুং তানা লীলা অদু থণ্ডগনি; য়াউরিবা মীওইনা কান্নগী অমস্থুং কলাইদা মুত্ত হৌগনি হায়বশু লেপকনি। দরকার ওইরকপদা করম্না মতাক্না পুক্লিং খিংজনগনি (তাওগদবা মী অমগী করেক্টরদগী তাঃমদবা মীনা তেম্না কনশিল্লি)। অতোপ্পা করেক্টরনা মীমুংশিদা চংশিনবা নত্রগা লাপথোকপা নত্রগা য়ে থাদবদা য়াউবা উই। অহৈ করেক্টরশিংনা হস্থনা থাক্তা কমই। মহাক্না: লেম্না অমস্থুং কম্ম তবই।

লীলা তম্বা যাম্না মক্ত ওই

লীলা য়াউবশিংনা লীলা অদু লাউনা পাগনি; করেক্টরশিংগী পুক্নিং নিংবক, শক্তম অমস্থুং অর্থ খাগী হৌনগনি অমস্থুং করম্না য়েংলাক্লগা লৈগনি। পরেংশিং অসি ফজানগৈদা থোক্তবাং অমস্থুং থোক্লনস্থ উইংবুনা মখোইনা লমচৎ অদু ফাউগনি। ডাইরেক্টরনা পরেংশিং অদু থুনা তমশিন্নগা অহৈবা script অদু পাংথোকখিনবা যাম্না চেকশিনগনি। মসি অরাইবা থবাক্ত নত্তে। য়াউরিবা কাবুনা লাইরিক অহৈবশু উবাইদুনা হৈজোন হৌজদ মতম কাউবা কানবা তোংবনিংই। কানবগী মথক্ত এফটি শক্লান্থ হাপচিনগনি।

অদুগী অথুবা থোক্তথাংদা অয়াম্ব তোংই। পরেং থরদি তপক অমস্থুং রাখুন চাই। অতোপ্প থরনা থকংলি, মুই অমস্থুং পাওথুম অমস্থুং মরক থৎপশু থুনা লাকই। লীলা য়াউবা অমত্তনা সুংখিলদা মস্ত মংবা চুমদে। থুদিংমক্কা লীলাদা ১ শী পাটি অদু চুম্না হৌগনি অমস্থুং কিজ্জিদা হৈজুন শরুক মিংনব চুমদে। বা তাঙ্থোক্লাউদা লীলা য়াউবশিংনা কদাইদা লেপকনি, কদাইদা পোথাগনি নত্রগা থোক, মায় অমস্থুং থুং শিংনা থমগদগে থণ্ডগনি।

কবিগুপ্তদা লীলা উঠ্রেরৈ মমাং চয়োল খরদা য়াম্না হৈগনবা মখিৎ মনা শিংবা এক্টর লৈ। Nervousness ( শাখৎপা ) না মামা উৎপগী থবক্তা কমখৎহনবা অমসুং লোহনবা ওমঙ্ক চায়রবাস থক্তবদা মাগী অকনবা লেংনবা ঙম্ন ওইগনি। মাগী চোকথৎবা পুক্লিংগী ঈথক অদু ঈশ্বরদা শিন্নরগা ঈশ্বরনা মাগী শক্তি করম্না কমখৎহনবগে হায়বা ওমখিনগনি।

লীলা য়াউবা থরনা এক্সন উংপা ওমঙ্ক ; অকংবা খরনা অতুক হাক্না হৈথোক্ত শিংথোক্তদে। য়াম্না হৈনম্বা মথোক্তু ডাইরেক্টরনা করেক্টরগী মরমদা করম্না অমসুং কবিগীদমক চৎলিংনো হায়রদুবা শানগনি। মথোক্তনা কল্পনা শীজন্নবা ওমজবদ, কাম তৌগদগে মথোক্তদা উৎকনি।

Cast ( য়াউবশিং ) না movement ( চংবা ) মরম থক্তগনি। থৌনা কনা থোক্তথাং খাংনবা ( অমসুং অকনবা আশিবপা থোক্তচং এক্তনা ) পুক্লিং থোগৎকনি চৎলিংবা ঈথক, মীংবা কায়বা, থগংপা পুম্বা মাম্ন অমসুং হকশাং পুম্বনা উৎকনি। লীলা য়াউবশিং অদু ফাকেৎ চুম্না লেংহনগনি ; থৌম্না অমসুং খাংশাংদা খুদোংথীবা হৈহরদোক্ত অমসুং অচুম্বা মকমদগী পোৎচৈ লৌখৎনবা মথোক্তদা হৈহনগনি।

## ড্রামা অমসুং ভাবক (৩)

ড্রামা নত্রগা শুমাং লীলা হায়বসি য়েংলিবা ভাবকী মপাল ওহনা লীলা উৎনবনি। অকোম্নব লৈম্নিবা মওং, প্রজাগী থাজবা, লাইনীং অমসুং চৎলক্লিবা য়াওন করাদা লীলাগী মওং লেপই। লীলা অদু হৈ কত্তে লেপ্নসি ভাবক মশীংদা লৌহৈ। লীলাগী ইনকম লাককমগু ভাবকনি। ভায়বনা ওম্বা, ভৌবনা ওম্বা ভীনথিরে হায়না শুমাং লীলা হোম্নকপদা সভা বক্সমা থোবা হৌজিকসু ভোক্লিহ্রি। সভা তিনবসি লাই তিমলে থক্তৈ।

মোর্ডন ড্রামাদা living theatre (অহিংবা শাম্নকম) কৌবা

মওং অমা য়াউরে। অদোমা য়াউরিবা মীওইনা স্তেজদগী কুমথরে অমসুং ভাবক য়াউনবা কম্লাই ওইনা বা ড্রংডলে। অসিদসু নত্তনা য়াউরিবা মীগী ভাবক অনীদা অশিংবা নৈবজু থমজে, ভাবক অদুদা কুপ্লবা ফীরোন পুম্বা চিংথোকজে; স্তেজদা করি থোকলকপা হায়বজু মযামগী ভাবনা শাবা ওইরে।

খৃঃ ১৯৭১ গী মে-জুনদা লণ্ডনদা World Drama Conference তৌবদা L Actors Audience Enemies হায়বসিদা নৈনখি। হীরম অসি খরা ওক্না থোকই। মসিনা উৎপদি লীলা য়াউবা মীওইনা ভাবকপু য়েক্নবা ওইনা লৌগনি অমসুং মথোইনা থনলিবা মওংজু য়াহনগনি। মত অসিগী মায়োক্না লীলা কুম্বা মীওইগা ভাবকদি য়াম্না পুংশিনগনি হায়বা য়াওই। লীলাগী পার্ট লৌরিবা মীনা চীরোন নত্রগা মীনম্বা শীজম্নজুনা ভাবক য়াহনবা, ওৎপা, ফাগী তৌবা, ঈথক ঈপোম চৌহনবা, মপী তাহনবা অমসুং মমৈদা ভাবক অদু মাগী নাকন্দা চিংশনবা অসিনি। মত অনীমক চুম্না ওাঙ্গনি।

লৌশিংগদবা য়াওম্না লীলা য়াউরিবা মীওই অদুনা technical know how (মরম খঙবা) কুম্না খঙলবদি ভাবক লাকশিনবা ঙমই। সমাজনা মথোইবু য়াংনা খঙ্গা নৈ। মথোইদা সরকারনা মিংথোল অমসুং মনা পীবদনা ওইদে। মোক্সোদদি মখিং চৎপা আটিস্তগী মমিংদা কম্নাগী মমিং থোনলি। মতিকচানা মথোইনা শকখঙবা চুমই। হায়রা খঙনরকপদা লীলা শারকম অসি সমাজগী মিংশেলনি হায়, হৌজিক্কি মসি নৈত্তাংলগী মকল্লি। মতাম অদুনা মরু ওইবা সমস্যা করা শেংদোকনি অমসুং ভাবকী পুক্লিং চীংশনগনি। লীলা শারকম্না জগৎকী দর্পণ উৎলি।

### টিমগী অহেন্বা খবকশিং উদবা

লীলা য়াউবা মীওইশিংনা তৌগনবা মুখিদাংদা strung up (লং তিংবা) খরা তৌবা অমসুং মথোই খবকী মথক্তা অতৈদা

পূল্লিং থিংজনবা ওমদে। অতোপ্পা পোৎশিং অদু কনাগুম্বনা থনবা চুমই। পৈশা অমসুং শেংনবা ফীরোল তাই পুনবা মী অমা নত্রগা অনীদি লৈবদা মন্তেং ওই। ডাইরেক্টরনা অমুক্তং দৃশ্য অমসুং ফীজেত্তা লেপখিবদা মাগী বাথন অদু কনাগুম্বনা চথ্নবদা অকবা ওইগনি। দায় পুবা কম্পমগী মীশিং কান্নবা মী ওই। Electrician ( মৈ থানবা ) না মাগী মথৌ চপচানা থবগনি অমসুং ডাইরেক্টরনা মপুল্লিংদা করি কল লৈবগে বায়নদু থভগনি। মৈ অদু তোরনা হোংলবদি রারী অদুদগী ভাবকী পুক্লিং ফৈনা চৎহনখি অমসুং করেক্টরশিংগা মান্নবা থমলক্তে।

Prompter ( থৌজিনবা ) না লীলা তম্বা খুদিংদা চৎকনি অমসুং লীলা অদু মপূ কানা থভগনি। মানা তৌকম থাজবা চিন্না ভাভহন্দুনা ড্রামাগী হেম্পদু মাঙহনবা য়াই। লীলা য়াউবাশিংনাসি তানবা ভাবকনদি তাবা ভ্রমদনবা রাঙ ভ মানা কনখৎলগনি। লীলা অদুদা বাঙাহ অদু কান্নাবা নত্রগা লীলা হুউত্রব মীহুনা মশাবু চুমথোকনা চথবদা য়াত্রা য়ংবা মাগী মথৌনি।

টিকগী মেম্বর থুদিংমক মরু ওই অমসুং কাস্তনা মতু থভগনি। লীলা কায়দনা লাই নীংবা, ভাবকপুম্ব থুরুম্ব, লীলা অদু ঈশ্বরগী সেবাগীদমক্তি থনা, টিম অদু অমত্তা ওইরকপা, ঈশ্বর নকাশনবা অমসুং অক মুত্তাই য়ামন্নবা চুংই।

ড্রামা, যাত্রা অমসুং কুমৈ চায়বাস ধর্মগী নত্রগা secular (ধর্মগী নত্তবা) ওইনা লীকন্নবা য়াই, থৌইগুম্বসুং অইবা, ডাইরেক্টর, কাস্ত অমসুং মনিংথংবা crew ( ভম্বাবা কাভবু ) শিংনা ঈশ্বরদা তাংজবা অমসুং মাগী মিংলেন অদু প্রজাদা থভহন্নবা শীজিন্নবদা ধর্মগী ওইরমই। হৌজিক্ত তোক্করক্লে।

### ড্রামা অমসুং যাত্রা করম্না চাউথৎহনগনি। সমস্যা খরা (8)

ড্রামা নত্রগা যাত্রা অমা পুথোকপদা কাঙথল য়াউবা কম্বাক চংবা, নংনা কাঙথল চাংথোক্নবা হুইসন থোভবা অমসুং কম্বাক্লা মাইক য়াম্না চংই থনব্রা ?

## সমালোচনা ইবা (১২)

থবরশিংনা মকম থরা ফিলম, লাইব্রেরি, ঈশৈ অমসুং ড্রামা-নচিংবা অফ ফত্তে নৈনবা থমই। সমালোচনা তৌরিবা মী অদুনা থিয়েটর, সিনেমা, কলাগী পোৎচৈ থক্ষমনচিংবদা চংলি অমসুং উৎলিবা পুম্বা য়েংলুবগা অফ ফত্তে কেংঙদোকই। হৌরম কয়াসদা ক্রিতিক ওইনা ফোংঙনবদু ময়াম্না পামৈ। উৎলিবা পুম্বগী অফবা অমসুং ফত্তবদু উৎথোকপদা ঙমচোবা থোদাং কয় লৌই। ক্রিতিক-শিংনা থন চানা থমই।

করিগুম্বা মতমদা থিয়েটর, ফিলম নত্রগা আর্ট অমা মায় পাকপসি প্রেসতগী মাইপাকপা অমসুং পাক্তবগী মরম ইংকপদসু নৈ। ক্রিতিক অদুনা কলম থাবদা থন চানা থমগনি। লল্লাই মুঙাইহন্দবা অদু লমন থুমকয়োই। অহানবা সমালোচনা তৌরিবদুনা উৎলিবদু করি মরমদনো তাক্কনি, বারী অমসুং হৌরম নৈনগনি অমসুং মথৈদা অকনবা অমসুং অশোনবা পোইন্ত পুথোকনি। মানা খেংনরকপা মঙুইম্না অফবা থাক্ষৎকনি অমসুং অশোয়বদু চৈগনি।

### থিয়েটরগী মরমদা সমালোচনা

অম্বুম্না হায়নৈ, 'ক্রোক্তকনা তেক উৎপদা ভায়রিব সো অদু শেংগৎপা নত্রগা মাঙহনবা ওমই। মথাগী পোইন্ত থরাস নৌংশিং-গদনি। ইনবা ভম্বুবা কোংনগনি।

(i) মানা ই থবা ড বক অমসুং মথোইনা করি মুঙাইবা কংগংগে হায়বদু পূক্লদ থম্বগনি।

(ii) অফবা নত্রগা ফত্তবা হায়বদুগী ফিদম মানা হম্বহল্লোই।

(iii) অনৌবা সো অমগী উৎলকপদু ময়েক শেংনা ব্যাখ্যা কৌগনি। অপাবাশিংনা মদু মুঙাইগত্রা নত্রগা মুঙাইরোইদ্রা খঙনবনি। থোদাং অসি য়াম্না চাউই।

(iv) ক্রিতিক্না অবাংবা থাকি মীনা পামলিবদু খঙবদা নত্তনা সাধারন প্রজান করি পাম্বা হায়বদুসু উশিনগনি।

(v) অমা অদু চপচানা উৎলবদি অবাবনবু লোইরবসু মুংঙাইবনবু লোইরবসু অকবা মচাকশিং অদু শন্নোকপা ঙমগদবনি।

(vi) Professional (তৌশংনা থবক উৎলবা মীওই) অমসুং Amateur (থবক অমা মুঙাইনবা তৌরিবা) অনীগী মতৌং কঙনা খেন্নহনগনি। অমগী থন অমদা পানসিনবা চুমদে।

(vii) ক্রিকিক্তা মশাগী শক্তি অমসুং মুংঙাইতবনা লমজিং গীবা য়াদে। মশাগী শক্তি শীজিন্নরে হায়রুনা অমা অমা কৈরেংননা ইদুনা মাঙহনবা য়ারোই।

(viii) সমালোচনা তৌরিবদু চুম্বা, থন চাবা অমসুং মতম পুম্বগী ওইনা থমগনি।

অাকনী পাক্কা কৈরবা থবক্শিংগী ক্রিকিকশিং থবক কয়া লোমগনি। উৎলিবা কয়া চয়োল্দা লেপ্পুনা য়েংগনি। কুম লেপ্পুনা আহং অপুম্বা য়েংকম থেকই। উৎলিবা খুদিংমক য়েংলগা মশা মশাগী কমেন্ত অদু ইদুনা তাইপ রাইটরদা তৌথোকহনগনি। অইবন্ত মথংগী চেকোঙদা কাঙলোকদবনি।

ফিলম ক্রিকিক

মরু ওইনা ক্রিকিকশিংগীদমক অথম্বা সো উৎলি। মমিং লৈবা থবর খুদিংগী অথম্বা কলম থমদুনা ফিলম অসি চয়োলদা অনীরক নম্মগা লোংমাইজিং খুদিংগী কোকচৈ। অকক্কবা মমিং লৈবা ফিলম অমা উৎপদা ক্রিকিক য়েংশন্দুনা ইহনলি। থিয়েটরগা ফিলমগা থোইনা খেন্নদে। থিয়েটরদা তোঙানবা যাথন অমসুং কন্দ অদু অউৎপা খুদিংদা কংবা অহিংবা performance (উৎপা) কংই। করিগুম্বা মতমদা মরুওইনা শান্নরিবশিং অদু মতম খরা লৈরগা অমনা শিন্নি। অমরোমদা ফিলম অসি সো খুদিংগী চপ যাম্নে, মসি পুমলোই লোইরবা কলনি। ফিলম সো হায়বদি থা কয়া নম্মগা চহি কয়া কৌরগা য়েংবদা হায়রীদু ওইনা অসুম লৈ।

হায়রবসি থঙগনি। হৌরকসিদা পুক্লিং চংবা বাংলা মীসু মাগী সমালোচনা অদু পাবদা শুঙাইগনি খায়রবদু থঙগনি। অপাবনা লাইরিক অদু পাত্রবসু নত্রগা ত্রামা অমা য়েংত্রবসু চপচানা তৌবগুম মাগী অইবদু পাবদগী ওইগদৌরিবনি। মশানা থেংনবদু অপাবশিংদা থায়দোকনি। মানা মশক তাক্লিবদু অপাবশিংদা ব্যাখ্যা তৌবা অমসুং হৌদোকপনি। লাইরিক মশক তাকপদু পাবা, ঈশৈগী তিরুথবা নত্রগা ফিলম উৎপত্তুগী মশক তাকপদু পানীংবা মী কয়া লৈরি। মশক উৎপত্তু য়েংলুরগা চপচানা লাইরিক লৈনিংবা, ফিলম য়েংনীংবা মী লৈরি।

মরম অসিনা অকবা সমালোচনা অসি করে'লিঙ্গম চাওথৎনবগী মরুওইবা শরুক অমনি। পাম্বা ক্রিতিকশিংগী মত কয়া ইকাইথুম্মে। হৌগৎলকপদা নত্তা ওইত্রবা ক্রিতিকশিংনা মাই পাকপা অমসুং পাম্বা ক্রিতিক ওইবদা থুদোংথীবা কয়া নংই। করিগুম্বা চীরম অমদা অকনবা থবক তৌদনা মিংচৎ ফংলোই। ক্রিতিকী মগুণশিং করিগুম্বা থবা পাবা য়ানবা ইবনি। মশক তাকলবতুগী শরুক পারিচয়দু পীগদবনি। থাকদগী কবা ক্রিতিক্তি থাইদগী কবা পানবা রাগে ইবা ভয় মুপাঃতুনি।

## (১৩) রিসার্চ থেসিস ইবা

ময়াম্না ইনরিবসিগা রিসার্চ থেসিসকা থেৈ। হৌরম অদু কুম্বা থীজিলগা অনৌবা থবা পুথোক্লদবনি। মাষ্টর ডিগ্রী, M. PHIL, M. LITT, PH. D. D. Sc অমসুং D. LITT নচিংবা অরাংবা মীনা তানগদবা ডিগ্রী থবদা থেসিস ইনৈ। চহি মতম চংনা মরুওইবা মচাক লৈনগদবনি। ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয়শিংদা ইংরেজী লোন্দা ইনৈ। মসিদা থুদোংথীবা কয়া থেংনরি। হিন্দী লোন্দসু কোওতুনা ডিগ্রী কয়া পীনরে। বেঙ্গলী অমসুং আসামীদসু ইনরে। মৈতৈলোনগী M. A. অমসুং M. PHIL দসু রিসার্চ অসি মৈতৈলোন্দা ইনরি। PH. D. Course তা Manipur

University দা চথনবা তৌরে। অদুবনি standard হন্থদুনা রিসার্চগী মখল লৈতন্নবা তারকত্রা অসিনি। ইংরেজী লোন্দা বিজ্ঞানগী হৈরমদা লৈনবগা মণিপুরীদা রিসার্চ তৌনবগা থিনা থেম্নরে। থেসিস করম্না ইগদগে হায়বদা, মথাক্কী বারম থরাসি খ্বাইগীদমক্তা পীজরি।

১। লোন্দা হন্থমৈথ কক্তনগনি। ইংরেজী লোনক্কী দমক্তি ডিক্সনারী পরেং অমা পীজরিবাসি য়েংলিয়ু। বানানক্কী মওং চাং মান্ননা থম্বা দরকার লৈ। মতাং অসিদা [illegible] মৈতৈ বাতৈ ব'ত'বু ইংরেজীদা হন্দা transliteration method পান্দুনা ইখিবসি ঐগী thesis 'Religious Developments in Manipur in the 18th and 19th centuries' দদা মণিপুরগী অক্তানবনি। Spelling অসি ইবদা মৈতৈ মচা থরনা কোম্না ইনরক্লে। থেসিস অসি ছাপা নম্বদা ঐনা অদুবু মংলিবত্রু কনাগুম্ব' অমত্তদা থত্তবা ওইক্তখিদে।

Punctuation মার্ক - English Grammar দা পীরিবসি লোন অযাম্বদু চংলৈ। লমদমসিগী ওইবা থোয়না পুথোক্কদে। খ্বাইনা থক্তনরবা মক্তা নিনা মসি ইথোকপদা চাওমনগানি থনবদগী ইজত্রে।

২। সাইজ অমসুং লামাই—থেসিস অসি ডিগ্রিগীদমক submit তৌবদা ওইগদবা সাইজ অদু বিশ্বদিদ্যালয় অদুনা লেপলৈ। Size – পাকনা অমসুং শাংনা নমই। কীনা মথুম ওইলৈ। নম্বদনা রোয়েল ৪৩০ দা ফোল্ড। মগুণ হাপ্পবা খ্বাইনা চেকশিলৈ।

পানগদবা লামাইদি লৈনরিবা হীরম অমসুং পাম্লীবা মীহুগী মতুং ইনলি। লামাই য়ামগনি য়ামলোই হায়বগী অথম্বা লৈতে।

৩। Abbreviation (তেনশম্না কোক্তদোকপা)—থেসিস মনুংদা তেনশম্না কোক্তদোকপসি চংলক। অপাবশিংনা পাম্বদা

অপনবা পীদনবা হায়না উৎথোকপা চুমই। লাইরিক নত্রগা পোৎতুগী মমিং য়াম্না শাংমনবদা তেম্না কোঙনবা থুদম চংনৈ। খ্বাইনা খঙনরগা বাহৈশীদি তাকত্রবস্থ দোষ লৈতে।

৪। ফুট নোট—অধ্যায় খুদিংগী ফুট নোট মশিং অদু মম্বরদা চনশিন্নৈ। লাম্বাই খুদিংগী মখাদা ফুট নোট হাপ্পস্থ য়াই। অধ্যায় লোইরগা পুম্না ফুট নোট মথৈ পীবস্থ য়াই।

ফুট নোটকি তৌগদরা মচাক অদু মখাদা রিসার্চ পেপরগী মতাংদা লৈনরে।

৫। থেসিসকি Lay out

[i] বাযাং য়ানবা

[ii] তেম্না উৎপা বাহৈশিংগী লিস্ত

[iii] য়াউরিবা হৌরম্বাশং—মরু ওইবা synopsis ওইনা উৎপা। করিগুম্বদা বাহৈপরেং মপুংফানা সমরি পীবস্থ চংনররে।

[iv] অতৈ অধ্যায়শি—বাঙৌদোক, চেপ্তর অতৈ খরা

[v] বারোই ( conclusion )

য়েংশিনগদবা:—থসিসতা চেপ্তরশিংবু Introductory (অহৌবা), লৈনরিবতুগী রিপোর্ট অদু মথং বলাউ নাইনা খায়-থোকপা অমস্তুং কনক্লুসন পীবা অস্তুন্না লৈ। মচাক অদু শিনবা অমস্তুং য়েম্মোক্রবদা তাক্কক খুদিংনা লৈনরিবা হৌরমদা মরুওইবা থৌদাং পীনবা হোৎনগদবনি। থিজিনগদৌরিবা সমস্যা অদু শেংনা অমস্তুং মপুংফানা উৎপা, মরম পীতুনা চুমজনবা অসি অহানবা অধ্যায়দা তৌই। খঙবদা বাবা, থেসিস অতুদা তোপ তোপ্পা লৈবা বাহৈশিং পনহোগদবনি।

অতোপ্পা অধ্যায়শিংদা মরী লৈনবা মথৈ উৎকনি। অধ্যায় খুদিংনা লাইরিক মশাদা পীবা থৌদাং অদু ময়েক শেংগনি হায়না লৈনরম্বতু শোয় নত্রগা মপুং কাদে হায়বতু খানা লৈনবা অতুপকী মতিক চাওখৎলকপদা উৎকনি।

Experimental ( চাংয়েং তৌবা) ওইবা থেসিসতদি ডাতা লৌকম, procedure ( চংথগদবা নিয়ম ), মেথোড অমসুং পুথোক্লিবা অড়ুংগী মরমদা তে ডানবা অধ্যায় অমা হাপনৈ।

অরোয়বা অধ্যায়দা মমাংদা উৎখিবা অধ্যায়শিংগী অতেনবা রা অমসুং লেংনরকপা অমসুং অপুনবা বারোই উৎলি। থিজনগদবা মতোন্দা থোকাখিবা পাউথুম কংজিবা রাহুং কয়া লেপ্পা য়াই। অতৌবা অমসুং অরোইবা নত্তবা অধ্যায়শিংদা অধ্যায় অচুনা নৈনগদবা সমস্যা অদু তেন্না তাকপা পন্দুপনা ছোগনি। থিজনবদা চংবা মচাকশিংসু পনগনি। পোইন্তশিংসু য়েংগনি। অধ্যায় পুম্নমক বারোইশিংদা অধ্যায়চুনা লাইরিক মশাদা করি থোদাং পীরগে হায়বত্তু উৎকান

অধ্যায় খুদং লাহাই অনৌবনা হৌগনি। লাইরিক মশাগী ওইনা চথরক্লান। চপ্তুর মাশংদি বামান মশিংদা হৈনে। পরেং লায়রিক, পন্দুপকী মকথাদি ছাপা অমসু type কী মডু ইন্না লেপই।

[vi] Appendix ( হাপচিনবা ) অসি চাপ্পনসু য়াউই। লাইরিক মশাদা কুপনা লেনখ্রব অমসুং ব্যাখ্যা চংজবদি হাপচন্দ্রেরসু য়াই। Revise তৌরকপদা চংলকপা য়াই।

[vii] Bibliography ( তাগ্লখিবা লাইরিক )—Term paper কী মতাংদা মখাদা পীরে।

[viii] Index - করিগুম্বনা ব্যাখ চংবা রাইহ, অতোপ্পা লোন (থোম্সস ইনারিব লোন নত্তবা) গী মমিং মখা রাইহশিং তাক্লবা Gloss (টিকা) উৎপা তাই। অয়েংবা অমসুং অপাবশিংগী থুদোং চানবনি। য়াউরগা মগুণ হাপই।

Index য়াউরবদি Appendix মখাদা হাপকনি। কাঙলবা থেসিসতদি General Index নত্রগা রাইহগী index দরকার ওইদে। Index না অপাঙবা কাম্বনগাদা নীঙবাদ য়াঙগদবনি। য়াম্না মমহনগদবা থুংহই ওইরবদি লাইরিক অদু ফোঙবদা বুলেটিন

নত্তুগা মনগ্রাক ( বিষয় অমতদা ইবা পোং ) অমসুং Index য়াউদবা য়াদে।

অসিগী মথক্তা লাইরিক অদুদা মেপ, স্লোক অমসুং চার্টনচিংবা চংলকপা যাই। মসিন মগুণ কনগংকদৌরিবনি। থেসিস অসি ছাপাদা থোক্তলকপদা অচৈবা মতিকচাবা পণ্ডিত অমগী থাগৎ বাহৈ, লাইরিকতুদা পীনশিবা মকৈক মতাংদা Examiner শিংনা পীনবা মত খরসু কাখোকতুনা হাপদৈ। অথং অহু পণ্ডিতশিংনা তাকপিবা suggestion অদু থোক্তলকপদা কম্না ইনবা চুমই। অথোক্তবগী খুদোংচানবা তাংপাৎ তেংদুনা লাইরিক মাতঙ্গুবদি রিসার্চিক মমন করিসু কাম্নজ্রে। অথোক্তবনা দৈশা শোংবা মাকনগী হিসাব নত্তুনা থেসিস মদু দা শেরাম্নবা মিংথোং থম্নবদি য়াই পুম্না মাঙশনবনি। লমশিনা মসিগী জ্ঞান তানজ্রে।

## (১৪) Dictionary (ৱাহৈগী অর্থ তাকপা লাইরিক) শীজিন্নবা (মথা চথরকপা)

ৱাহৈশিংগী অর্থ খঙগে হায়রবদি dictionary অসি চংদবা য়াজ্রবা Reference নি। তোয়না অমসুং লায়না মরী লৈনবা য়েংনবা ছাত্রশিংনা মরি চংপা dictionary থমগনি। ছাত্রশিংনা মসি তাজ্রবা কালদা মখাগী পাউশিং অসি য়েংশনগনি :

১। বানান ( Spelling )

২। খোস্নোক অসেন অম্নাং ( Pronunciation )

৩। গ্রামারগী থাথদোকপা (Grammatical classification)

৪। ৱাহৈগী হৌকম অমদি ইতিহাস নৈনবা বিজ্ঞান ( Etymology )

৫। কদাইনু কৌবগে তাকপা ( Definition )

৬। অর্থ মাম্নবা ৱাহৈশিং ( Synonyms )

৭। ওম্নইতনবা অর্থ লৈবা ৱাহৈশিং ( Antonyms )

পাউ অসি করম্না ইশিনবগে হায়বদু Dictionary অমদা য়াউ Standard লৈবা অমরা খোংনগনি।

বানান—বানান অমদগী তেম্না য়ারবদি অচানবা মওং অমু পাইয়। বাইগী বানানগী মথক্তা syllable ( খোঙ্হোক অমুক্তদা চায়বা ) খায়বশু য়েংশিনগনি। Dictionary দা অকম্না accent mark [ , ] (ম্বর মথক্তা অকম্না তইবা খুদম ) থমজুনা খায়দোকপা তাকই। Syllabification ( খায়দোকপগী মওং ) উৎনবা অতোপ্পা পাইশিং থমদি :—ময়ায়থংবা Period [ · ] ; অয়াংবা accent mark [ ´ ] ; অমসুং অতেনবা, অয়াংবা চায়রেন [ — ]। অয়াংবা accent mark [ ´ ] অসি থরা হম্বা কনশিনবা ( secondary stress ) খম্বদা শীজই।

খোঙ্হোকপগী থবক—অকম্না শীবা খুদম অমসুং parenthesis ( মরী লৈনদনা শীজিন্নবা বাই ) তা phonetic respelling ( খোঙ্হোক্কী মতুংইন্না অনান তৌবা ) না খোঙ্গোক লেপই। Phonetic ( খোঙ্হোক বিজ্ঞা ) খুদমশিংগী শোইজ অমু অভিধানগী লামাইদা কংই। খোঙ্জেলগী মপুংফাবা বাংথাদি, ছাত্রশিংনা Webster's Collegiate Dictionary, ৫ শুবা খুংনম লামাই VII – XIV দা য়াউবা Guide to Pronunciation পাকম খোকই।

ব্যাকরণগী মতুংইন্না খায়বা—তেম্না শীজিন্নবা বাইদা n না নাউন থওই। অইত খুদমদি adj. না এডজেকটিভ, v না ভার্ব আসনাচংবা ডিক্সনারিগী মথাংদা থইয়। Inflection ( বাইগী মওং হোংবা উৎপা ) গী মওংশিং চাইবাদ মথামদা হওনব, অনৌ চাংনম্বা অমসুং ময়াম চাংনম্বা ( adjective অমসুং adverb গী degree ) অমসুং ভার্বগী তেন্স অমসুং Participle ( কৃদন্ত বিশেষণ ) অমু চাং নাইদবা মতমদা vocabulary entry ( বাই চংবা ) দা হাপই।

বাই হোকম লৈনবা—Bracket ( খুদম ( ), { } ), লোই-শিনথা আইতেমগা উৎপদি fiction হায়বসি French (F) দগী

ইংরেজী মওংদা লাকই হায়। Latin (L) fictio অসি verb fingere লাকই, particle ওইনা fictum থোকই। অদুগুম লোয়নবী খুদমশিং—O F. (Old French); Gr. (Greek); Du (Dutch); Heb (Hebrew)—অসিনা ইংরেজগী ব হৈ লাকই। অভিধানগী অমাংথংবা শরুকতা থত্তনবা হাপলৈ।

ব'ৈশিং হোৎকন অসি খুন্দন ওইবা বাহৈশগী শেনই। Depart হায়বসি Department, Departure, Departmental অসিনচিংবা শেমথোকই। অয়াম্বা মতমদা Prefix (মমাংদা তপশিনবা) অসি মসিনা হোৎবা বাহৈশিংগী শিন্দ মকোক্তা থাদা হোৎলৈ।

Definition (কনাইবু কৌই উৎপা)—Webster's Collegiate Dictionary দ fiction কনাইবু কৌবগে হ'য়বা তক্কওথোক্লা পী। অহানবগী অমী ওড'দ ob (obsolet) হি চৎনরে। অহুমগুবা, মরিগুবা অমসুং মঙাগুবা কহ্ননা শুথোকপা ওইনা পীরি। তরুকগুবনা বাহৈ legal term (আইনগী বাহৈ) দ technical (থুংপা হৈবা) পী। অদুগুম পীভিয়বনা খুদম—Alg (Algebra), Biol (Biology) অমসুং Colloq (Colloquial) অসিনি।

ব'হন্নোক মায়বা বাহৈশিং—মমী লৈনয়বগু interchangeable (১না ১পা ওয়বা) ওইনা চৎনবা কংই। অর্থদা তোঙান তোঙানবা তাকপা য়াই।

Dictionary দা অর্থ মায়বসি মখন মথেনগী বাহৈ ময়াম অমতদা শুনশিনবদা চৎলৈ। Cross reference (লৈপাকলৈনা মরি তাকপ') মথোইগী চনশিনবদা উৎলৈ। হায়রনা figment য়েংবদা "Syn, fiction য়েংউ হায়বা য়াই।

Antonyms—অথোইবা আইডেম্বা অর্থ ওন্থৈনবা বাহৈ অমী পী। Fiction হায়বসি Fact, truth বা ওন্থৈলৈ।

## অতৈ অতোপ্পা Dictionary — খরা

মথক্তা শীরিবা অ ভথান অসি নত্তবা অতেনবা ইংরেজীগী শীজিন্নগদবা লাইরিক্ : Funk and Wagnall's College Standard Dictionary ; Macmillan's Modern Dictionary, Winston Simplifeid Dictionary অমসুং Hornby অমসু' অতৈ খরনা ইবা The Advanced Learners' Dictionary of Current English অসিনি।

ছাত্রশিংনা অতেনবা ভিজ্ঞনারীদা কনবা ব'ইং য়েংগে হায়রবদি College গী নত্রগা District কি ওইবা Library দা চংতুনা Reference কাদা অচৌবা য়ুংকম হোৎনকই। মথোইশিংদি :

Webster's New International Dictionary — খৃ: ১৯৩৪ দা কোত্তই, ভলম অমত্তমক ওইবা আত্তথানগী অনৌত্তবা খুৎলম অতু য়াম্ব' কবা ওইনা য়াদৈ।

New Standard Dictionary — মপুংফানা খাজবা য়াবা ভলম অমত্তদা লেংশনবনি। ( ফোংকমদি পনত্তে )

Century Dictionary and Cyclopedia — খৃ: ১৯১১ দা ভলম ১২ থোগ্না পাকচ'উনা কোত্তখিবা লাইরিক অসি অনৌবা ওইত্রবস্থ কৌশিক্তা কায়রি। ভলম XI ( Cyclopedia of Names) অসিনা Proper name (চপচাবা মমিং) অতু থোঙ্খোক উৎনবা ত্তাকই মমিংশিং অতু জীবন চরিত, সাহিত্য, ইতিহাস অমসুং অতৈ কীলদগী লৌই।

New Century Dictionary — ভলম অনীদা কোংবা অসি খৃ: ১৯৩৮ দা অমুক শেমদোকখি। থোঙ্খোক উংনবা অচম্বা মওং অমসুং Definition (কদাইবু কৌবগে, ত্তায়ব ফোংদোকপা য়াম্বা হাপই।

A New English Dictionary on Historical Principles ( Oxford English Dictionary, নত্রগা

Murrays' Dictionary সু কৌই )—মসিং হৎলবা লাইরিক অসিদা ( ভলম ১২ অমসুং Supplement ) Phrase ( ৱাহৈ কাওলুপ ) অমসুং ৱাহৈ পরেংশিংদা Definition (মশক খঙহনবা) কয়া হাপই। খৃ: ১১৫০—১৯২৮ দা থোকপা লাইরিকশিংদগী লৌথোকতুনা উৎলি। বানান, থোন্থোক, ৱাহৈ অদু লৌরকপা অমসুং ৱাহৈশিংগী অর্থদা খ্বাইদগী হেনবা অথরিফিনি।

A Dictionary of American English— মরু ওইবা Compilation ( লেংশনবা ) অসিগী ভলম মরী অমসুং শরুক অহুম কোওনে, অমসুং অতোপ্পা লেপ্পনশিং অসি লোইরগা ছাপা তৌগনি। লাইরিক অসি লোইরগা, ৱাহৈশিং শীজিন্নরকপগী মৈহৌরোল অমসুং আমেরিকাদ' মথোইসি শীজন্নবগী মওং যাউগনি।

Dictionary শিং অসি ইডিটর তোঙানবশিংনা লেংশিনবনা ভমথৈ য়াউরিবা মওং, পাহৈস্ব অমসুং নিয়ম লেপ্লে। অদুনা ছাত্র-শিংনা অহানবা তানবা কালদা ৱাংহৌদোকি লামাই কুপ্প' য়েংগনি। লামাইশিং অসিদা হৌরম, পাহৈস্ব অমসুং ভমথৈগী অকুপ্পা মরোল, থোন্থোক তাকপা থুদমগী লোইহৈ, লাইরিক মসুংদা শীজিন্নবা তেনশিন্না খঙনবা ৱাহৈ অমসুং ব্যাখা তৌবা মোটশিংনা চনশিনবগী পাহৈস্ব কয়া লেংদোকপদা মওং ওই। মরু ওইব' খরসু পনলি।

(সংস্কৃত ডিক্সনারি—হিন্দী অমসুং সংস্কৃতকি লোনগৈদি ভারত সরক রদ টার্ম লাইরিকশিং ফোঙবগু শীজিন্নবা চুমই )

Bartlett's Familiar Quotations, ১৯০৭

Brewer's Dictionary of Phrase and Fable, ১৯৭০

Mencken's New Dictionary of Qutations on Historical Principles, ১৯৪২

Strong's Exhaustive Concordance to the Bible, ১৮৯৪

Bartlett's Concordance to Shakespeare, ১৮৯৪

অসিনচিংবা—

## (১৫) এসাইনমেন্ত অমসুং তার্ম পেপর

অদবা assignment (মী অমদা তৌনবা পীবা থবক) অমসুং তার্ম পেপরশিংনা লেকচরশিং নত্রগা তম্বীবগী পরেংনা উংপা Course work (তমথরিবা থবক) অদু থুকনলি। করিগুম্বদা রচনা ইবনসু পাংথোকই। ছাত্র অদুদা অৱায়বা চীরম অমা ইনবা পী নত্রগা থঞ্জনবা চীরম পরেং অমা পী। শাংগদবা রাইৎপরেং অমসুং ইবা লোইগদবা মতম ছান্না থংহনলি। পানবা লাইব্রিক শিং-গী মরমদা থরা তাকপি। ছাত্রনা তমথবগী থৌরম মপুং ফানবা ওঝাশিংনা মতেং পী।

অদবা assignment (মী অমদা পীবা থবক) গী চীরমশিংনা তমলিবা এরিয়াদা মরুওইবা content (য়াউরিবা মচাক) উংলি। অৱায়বা থিজিনকম অমদা ছাত্র অদু য়াম্না কুপ্পা নৈনবা পোগৎপসি assignment না তৌই। অকংবা মচাকশিং থোমকগা থন্দোক খক্সিন তৌবা অমসুং য়াউকম নৈনবা অমসু' রাৱোই ভাবনচিংবা য়াউরি তমলিবদু থম্ন নৈনবদা নত্তনা মনীংতম্না ইজবসিনা য়াম্না কান্নবা মদৈ তম্বগী মমন পী।

রচনা ইবসিসু পরীক্ষা পীনবগী কান্নবা পাম্বনি। চৌঙ্কী পরীক্ষা মপী অসি Essay type ত তাংই। তৌইগুম্বসুং অদবা এসাইমেন্ত নত্রগা তার্ম পেপরশিংদি থবক তৌনবগী মতম শাংনা পী। পারা লোইহৌদবা য়াদে নত্রগা পরীক্ষা শঙদা ইবা লোইরো হায়না থৌবদু নত্তে। য়ানবা মওংদা চে অদু উংনবা মতম কংহনলি। মতুদগী অহেনবা মগুণ কংহন্নবা শিনলি।

রচনাদা রিসার্চ পংচং চংদে। য়েংলিবা মীতুনা কমেন্ত তৌই। কমেন্ত অদু ছাত্রশিংনা হিদাক ওইনা শীজিন্নৈ। অদুনা অসি তম্বীবদা শীজিন্নবা দলিন অমনি।

### এসাইনমেন্ত ইবা

থাক্কী মতুংইন্না ইগদবা চীরম থেন্নৈ। সমস্যা অদু define (কদাইনো তাকপা) তৌবা অমসুং পংথৈ উংপা অইবগী মথৌনি।

### সমস্যা অদু মশক তাকপা

ইগদৌরিবদু তাকপদু definition নি। Key word (শো ওইবা বাহৈ) অদু করি উৎলি হায়বদু মুম্না ডিক্সনারীদা য়েংগদবনি। থুগাইবা, চাংদম্নবা, শম্নোক্না উৎপা, নৈনবা, মশিং থাবা, মমন লেম্না, থুদম পীবা, প্রমান তৌবা অমসুং মরু ওইবা পোইন্তশিং তেম্না উৎনবা মথন মথনগী দিক্সনারী চংই। (মথক্তা উৎত্রে)

### সমস্যাদুগী পংথৈ তাকপা

থাক পংয়াম য়ামজিবগীদি হৌরম অদু পংচাউ চাওহনলোই। পংথৈ লেপ্পবা মতম থরদি কাইথোকনি। সমস্যা অমা পংথৈ লেপ্পা হায়বসি মরুওইবা পাউ হন্নোকপা, evidence ( সাক্ষী ) অদু মচেৎ থরা তাকপদনা ওইদে। থীগদবা scope অদু হন্থবদা পংথৈ তাকপা ওই। হৌরম অদুনা লাইরিক অমা ওইবা য়াবা, তাম´ পেপর ওইবদা পাকমনবা অমসুং চাউথোরক্পা য়াংগী কীবম নৈদ। হৌগৎলকপা মতমদা পংথৈ অদু লেপ্পা তমত্রবদি য়াম্না থোমজনলুরগা মমৈদা হন্নোকপা তাই। কয়া য়ৌদবসু য়াই। নৈনরিবদু পংথৈ তাকপনা scholar ওইনা ইবগী থুদমনি।

### মতমগী Schedule (থোশিনশিং)

Assignment হায়বসি অয়োইবা পোংথোক্তা লেপই। Present তৌরিবদুদা চেকশিনবা অমসুং পুক্রিং চংবা ওইগনি। লাইবক থীবদগী অয়াম্বদি য়াম্না থুনা ইগনবা ওই। মতম অথম্বনা লেপ্পসিনা পোংথোক হাংহনলি।

### মথাগী অমুম্না মতম লেপ্পা নৈ :—

১। সমস্যা মশক তাকপা অমসুং পংথৈ লেপ্পদা (মচাক থোম্বদা) =৬০% ( কোম্না হোংবা য়াই )

২। অহানবগী ড্রাফত=২০%

৩। অশোয়বা য়েংবা, য়াউকম তাকপা, ফাইনেল ড্রাফত অমসুং রুফ পাবদা=২০%

এসাইনমেন্ত পুম্বদা মসি লোইনমক চানদবনি য়াই। অদুবু ময়াম্না চাউরাক্না য়ানখিবা মতম লেপ্পনি। (অতৈদি মথক্তা ইনবা উৎখিবা তেকনিক্স খেন্নদে)

## Term Paper [ থিজনবা চে ]

থিজনবগী চে ( Term paper ) অথন্নবা হিবয় অমদা কুপ্পা থিজনবনি। করিগুম্বা হেন্না তমথবদা বাহং হংবা, উন্নহুনা ভাগুনবা নত্তগা Laboratory Experiment ( চাংয়েং তৌবা ) অসি রিসার্চ চেগী থোদোক কংনবা ওইনা শীজৈন্নৈ। তমথবা পুম্বদা ছাত্রশিংনা লাইরিক অমম্বুং মতমগী চেকোংশিংদা মচাক য়েংনবা শীজৈন্নৈ। তৌজিক নৈনরিবসিনা লাইবেরীদা থিগদবা চে অদু শেম্বদা চংবাশং অদুনি।

বিবয় অমা খনবা—বিষয় খনবসি ছাত্রগী হৈনবা, মচাক কংবা অমম্বুং চে অদুগী অশাংবদা লেপই। মশানা য়াম্না খোরাংলবা মতিকচাবা সমস্যা ওইরবদি, মানা থিরিবা অমম্বুং শেমলিবহুনা মঙোন্দা য়াম্না নুঙাইহল্লি।

থিজিনবা অসি লাইব্রেরীদা তৌবনা মসি পেনবগী মচাক অদু খনগনি। খৃ: ১৮০০ গী মমাংদা কোঙবা আমেরিকাগী মেগাজিনশিং থিবা পাম্নবদি ছাত্র অদুনা মচাক পংকং ফংগনি নিংদে। অদুম ওইনমক লাইব্রেরীনা আরবা মেগাজিনগী ইতিহাস উৎপা লাইরিকশিং লৈতম থোকই।

মরক মরক্তা কোঙবা চেকোংশিংগী ইতিহাস ওইবা তলম কম্না ইকম থোকই। অসিগুম্বা বিষয় আসম্বু লামাই ৩০ নত্তগা ৪০ গী টর্ম পেপরগীদি পাকমনলে। বিবয় অদু পংশাং শাংদবা মওংদা ইনবা শীজম্নবা নৈ।

ছাত্রনা American Revolution গী মতমদা লাইরিক কোঙবা মীনা য়ারিবা অদু ইব য়াই। রাজনীতিগী থোদোক অমদা ইডিটর অমগী প্রভাব অদু ইবা য়াই। থিজনবগী চেসিদা

Benjamin Franklin না America গী চেকোঙ চাওখৎনবা তৌখিবা থৌদাং ফাগ্না য়াই।

মচাক অকংবা নত্রগা ওঝানা ফায়বা লামাই মশীং মতুংইন্না বিষয় অদু শীকপওনগনি। Chemistry তৈনবা বি: এস: সি: ছাত্রনা বৈজ্ঞানিক অমগী থৌদাং ইবা য়াই। Sociology গী ছাত্রনা Chicago দা Hall লিংখৎনবা Jane Addam না তোৎনবদু Term Paper গী মচাক থিবা য়াই। আইন তম্বা ছাত্রনা লম্বেলগী আইন থুগাইবা মীওই অমবু বিচার তৌনবা অনৌবা মথলগী কোর্ট অমা লিংনবা ইবা য়াই।

মতিক চাবা টর্ম পেপরগী অহানবা থোঙথাংদি বিষয় অদু কজনা থনবা অমস্তুং মদু হন্থবা, ককথবা অসিনি।

কজনা শেমশাবা

চফু শাবনা লৈথোমনা অমস্তুং আর্টিসনা মচুশিংগী মপান্না তৌবগুম্না অইবনা মচাক চংই। অক্রিয়াদগী লাইনা থাদরকপগুম্না নত্তে। থৌদোক অচুম্বা, খুদম উৎপা, বাইফ লৌখোকপা, মশীং চুম্না উৎপা তাই। মচাক অদু লাইবা, থাজবা মী, অকবা লাইরিক অমস্তুং পুস্তিদগী লৌগনি। কজনা ইবদু পুস্তিদগী লাকদবনি। খিওবী অমস্তুং অচম্বা মতফি মহুত্তা থাজবা উৎপা থৌদোক চংই।

নীংশিংবা (memory) দা তাংজব চুমদে মদু ইথোক্লদবনি। Quotation চুম্না লৌগনি।

পূক্রিং হাংলবদি ইবা য়াদবনা মচাক অকংবা লৌথৎতুনা পূক্রিংগী ভাব চাওহনগনি। য়াম্না হেম্না থোমজনবদুদগী কান্নগদবা থনগনি। থনবগী থবকসি হোৎনবা চংবা অমস্তুং লমজিংবা চংই। নত্রবদি চযম্নতুনা মাইকৈ মমগনি। যীশু খৃষ্ট অমস্তুং খাইনগী আর্য্য ঋষিশিংনা মচাক থোমজনবদা য়াম্না চেকশিনসি। থৌদোক অমদা লৌগদবা পাউত্তাক কয়া চেনহনলি।

বিষয় অদু কূপ্না থুগাইবা—বিষয় থল্লগা ছাত্রশিংনা চেদুনা

থৈনগদবা পোইন্ত খর অদু চেকশিন্না থুগাইগনি। সমস্যা অদুগা ময়ুংকানা থৈনদবগী পোইন্ত অপুম্বা লোইনা ইবা ঙমলোই। মানা লোইনা খঙলবদি খিজন্নবদু যাগে। মানা মচাক খোমজিনবা মতমদা পাবদা যাউনিদবা অতোপ্পা পোইন্তশিং থৈজবা হায়বদু চেকশিনগনি। মানা ইগাদোইবা, দিয়নী মপু থানা থৈনবদা চ বা মচাকপুম্বা পুথোকখ্রে অাউবা List অদু কাপচনবা যাই।

মচাক পুম্বা রপা— চ অচুম্বী মচাক ওইগদবা লাইরিক অমসুং জেগাজিন অ তিবক অদু পুথোকপনা অনৌবা থোঙথাংনি। তোপ তোপ্পা কাউ অমদা অপুম্বা মমিং পানাংলগানি। রেকোর্ডতা মাগী রিসাচকা চংশিল, অমসুং তাম্নখিবা data ( যাবা বা ) পুম্বা য়াউগনি। Data অম অ চনশিনবা মওং ( form ) অদু মমৈদা Bibliography দ কৌই।

মচাক রেংবা ছাত্রশিংনা অফবা লাইব্রেরীগী পুথোংচাবদু মথং মনাউ নাইনা অমসুং ফজনা শীজমগনি।

[১] থৈনদ্রিবা হৌরমদা হাকথোননা চাংসনবা যাবা থৈজবদি অচৌবা Reference লাইরিক অমদা মদু য়েংগনি। Encyclopedia Britannica নত্রগা Encyclopedia Americana নচিংবা অচৌবা লাইরিকশিংদা হৌরন অদু থৈনরগা মমৈদা মচাক লোকম লাইরিক থরা হাইগ্নি। মথোইগী মমুদা কাম্নগদবা লাইরিক অদু ইরিবা মীতুগী Bibliography দা হাপদনি।

[২] হৌরম অদুদা অথম্নবা লাইরিক কংলবদি হায়বদি Cambridge History of English Literature, Encyclopaedia of the Social Sciences, Hasting's Encyclopaedia of Religion and Ethics অমসুং মশিগুম্বা লেংশনবা থেংনরবদি মথোইদা যাউবা আর্টিকল অদু য়েংগা খিজনবা যাই। পাউ শীনবা লংলা লংজিন অদু লাইরিকশিংদগী ফংই। Mudge's Guide to Reference Books হায়বসিদা

অথম্নবা মরী লৈনবা লাইরিকশিং অদু মখোয়না Cover তৌবগী মতুংইন্না মথং মথং চনলি। খুদম ওইনা, Philosophy, Religion, Science অমসুং History অসুম্না থায়দোকই।

[৩] মেগাজিন অমসুং খবরদা পীবা Index (মযেক লেংবা) অদু মরী লৈনবা বিষয়শিংগীদমক তানগনি। নোট য়াউব Card খুদিংদা মসি থাই। অহানবা লৈইগী ওইথংবা নাকনগী কাচিন্দা Code number অসি থাগনি। মচাক মথং মথং শীর্ষকপতুদা ফিগর ২, ৩ অমসুং মসুম্না হাপতুনা মশক লেপকনি।

কোড নম্বরগী মতুংদা নোট কার্ডকি অহানবা লৈইদা key রাইহ শোইজ নত্রগা phrase) চনশিন্দুনা আইজেমগা মরী লৈনবা হীরম অদু তাকই। শোইজ অসিনা অইবনা outline (মরুওইবা তাকপা) লেপ্না মতমদা মচাক শেমশাবা অদু লাংইনলি।

অনীশুবা লৈইগী চৌগংপদা মচাক্কা অহংএমনা য়াউবগী লামাই মশাং অমসুং ভলুম অমদগী ইন্দেক্স মশা চুংনা হাপলৈ। চপচাবা নোটনা মরী লৈনবা লামাই ওনলি।

চেগী ইনস্ত্রিগা মরী লৈনবা নোট কার্ড শম্ব অদু মবুগী অতাকপা অসিনা উৎলি।

<table>
<tr><td>লেবর = থবক শুবা<br>লামাই ৬২ – নুপী, অ'স sorter (পাং থায়দোকতুনা), counter (করানী মথক অম') অমসুং পাউ ককপা ওইনা থবক শুব চেগী কার খানাগী থবক শুবা অপুম্বগী ১০০ দা ২৫ নি।</td></tr>
</table>

মচাক অদু শেম শাব।— ছাত্র অদুনা বিষয় অদুগী মতিকচাবা মচাক খোমজিন্নবা মতুংদা মচাক অদু শেম শাগনি। মথক্তা পনথিবদু ওয়া নোটমথৈ তিনশিন্নগা মরী চংনবা কায়াং য়াংকনি।

মথংগী খোঙথাংদা নোট কার্ড খুদিংদা কায়াংকি Index নম্বর মথং মনাউ নাইনা ইগনি। মপুংফাবা চে অমা ইবদা হীরম

অসিগী Notation ( খুদমগী নিয়ম ) শীজন্নগনি। য়েংথংবা কাচিনগী মথক্তা খুদম অসি শীজরৈ।

| ১২ লেখর II — ক — ৩ |

“II — ক — ৩” না তাকপদি আইতেম অসি outline ( মরু ওইবা হায়বা ) গী অনীশুবা মরু ওইব Heading অদু থায়-দোকপা ক থাবা অদু অহুমশুবা থন্না হম্বা পোইন্ত ওইনা অইবদুনা শীজন্নগনি।

কার্ড অপুম্বা label ( পোং শঙনবা নম্বা ) থাববা মতুংদা Outline index Number গী মতুংইন্না মখোইপুম্বা মথংমনাউ লেংখগনি। নোট থাদংবক চে ইরকপদা শীজিন্নবা মকম অচাবদা অহুম উজরগনি।

লেখকনা মাগী নোটকা outline ( ” ) গা মরী লৈনহনবদু অতোপ্পা পাইথেনা উংপা মাই। অকয়বা পাইথে অমা চন্দ্রবদি মগাক্তা নোট অমম্বা থগুইনবা য়াই অমতং নাংগা লকপা মতমদা অমুক থিরকপদ মতম হাউই। অঙইবনক, মথং মনাউ নাইবা লেপ্পাবা অমগু মফম উংপা তৌরবাদ মানা কানবা মচাক থিবদা জ পা কায়বা অমগুং মতম মাঙবা ওইরক্ত

অহানবা Draft ( শীবা—Outline ( ” ) অমসুং নোট-শিংনা অহানবা ইবগী য়ুম্ফমনি। মথক্তা উংথবা Draft কী মখং অদু ইনগনি। অপুবা মচাক অদু মান শীজন্নবদি মতুংগী হোকম অদু footnote তা হাপকনি। মতুংগী মরম মথাদা উংলী।

অরোইবা Draft ইবা—অহানবগী draft অদু য়েংলগা শেমদোক্লবা মতুংদা কনশিন্না ইবগী নিয়ম পানাশনগনি। মতুংদা final ( অরোইবা ) ওইবা মঙদা শিনম্মনগনি।

চে অদু টাইপ তৌরবাদ text কি মরুওইবা শরুক অদু Double space ( মফম অনী ) পীগনি, অমসুং লেই মায়দগী চেনাথবা quotation ( কোথোকপুনা উংপা ) অদু space

অমত্তদা থমই। লৌথোকপা আইতেমশিং অসি text অতুগী ওইথংবা margin (লৈক) দগী space মশাদম্বক থমগনি।

ময়ামথংবা Caption (মকোক থাবা) অমসুং sidehead (মকোক অতু চিদাইদা থম্বা) না হাপতুনা মপুংওইনা থায়দোক্লবাদ তোঙানবা মচেৎশিং অতুগীদমক অচাবা মওং লৌ'দোক্লনা অতুমক শীজিন্নগনি।

অরোইবা Bibliography (তাগ্ব'পবা লাইরিক) লেপ্পা—লাইরিক নত্রগা চে অতুগী লৌইরিকপা তোঙানবা লামাই থমা হাপতুনা মচাক লৌথন পুম্বা হাপকাদ মতংগী মওং মথাদা ফজনা নৈনরি।

চেগী শরুকশিং অতু তিনথনবা— চেগী title, অইবা মী, course (তমগদবা পারা) অতুগী মমিং অমসুং মশাং, অমসুং তাং অতু তোঙানবা চে অমদা লেমশাগনি। মসিং য়াউবা চেনানা text কি অহানবা লামাইদগী কানা থমই। Bibliography না লাইরিক নত্রগা চেহুগী অরোইবা লামাই ইগনি।

করিগুম্বদা হেন্না মপুংফবা মথাগী মচাকশিং য়া উনা চৎনৈ—

১। Title page (মথক্তা পনথিবা)

২। Table of contents (হীরম তাকপা লামাই)। শরুক অসিদা থায়দোক্লবা হীরমশিং অমসুং মথোইনা য়াউবা লামাই পীরি।

৩। Outline (মরুওইবা হায়বা)। Table of contents কি মহুত্তা য়াম্না কুপথবা outline মথক্তা পীথিবা অতু শীজিন্নবা য়াই।

৪। Text (লাইরিক লেংবা অমগী থাক্লেংবা বাহৈশিং)

৫। Appendix (হাপচিনবা শরুক)—অপাবদা কান্নগদবা তৌইগুম্বসুং বিষয় অতু নৈনবদা চংদবসু text মতুংদা অথম্বা শরুক হাপনৈ।

৬। Bibliography ( লাইরিকী ইতিহাস )।

Term Paper শি ভাটা পীরবা মচাকী পরেং অমা হাপ-চিনগনি। য়েংনিংলিবা অপাবা মী অমসুং অইববু থিজিন্নিংবজুদা অক্রগা বিষয় অতুনা অহেনবা পাউ লৌনিংবা মীদা লাইরিকি পরেংনা মতেং পী।

লাইরিক মমিং ইথবসি মরম কয়াসুক্তা লেংথবা য়াই। অইবা মীগী চংলিবতু পীরবদি মওং অমা হেক্তা য়াই। তৌবদদি চংলিবা ভাটা অমসুং চনশিংন্নিবতু মওং অচাবদা উৎপা ত্তাই।

মপুংফাবা লাইরিকীদমক চনশিনগদবা

লাইরিক্তা শীজিন্নগদবা মওং অমগী ভাটা মথং মনাউ—

লাইরিক ইবা মীগী মমিং　( য়ুম্নাক মকোক থংবা )

লাইরিক মমিং　( Italics = ময়েক পৈবা উৎপা নক্রগা মখাদা লৈই চিংবা )

ইডিসন　( অহানবদগী হেন্নবদি )

কোঙফম　(সহর অমসুং দেশ)

অকোঙবা মীগী মমিং　(য়ুম্নাক, মমিং অমসুং থঙনকম)

কোহবগী তারিখ　(ইংরেজীদা চংলৈ)

ভলম মশীং　( অমদগী হেনলবদি )

লামাই মশীং　( ভলম মশীং পীরবদি লৌথোকলৈ )

মথং মনাউ, লাপ্নগদবা Spacing অমসুং Punctuation ( লেপ্পবা থূদম ) অতু মথাগী থুদম্না উৎলি। চনশিনবা থুদংদা অহানবগী অতুগী মখাদা লৈই অতু Space অহুম নক্রগা ময়াগা থমলৈ। Type কা ছাপাগা থেংনৈ।

১। অইবা অমতনা লাইরিক অমা লেংবা :

Welley, T. Earle, A Popular History of English Poetry, New York, D. Appleton and Company, ১৯২৪, লামাই ২৮৪,

২। অইবা অমদগী হেনবা লাইরিক অমা

(ক) Scott, John Hubert, and Zipha E. Chander, Phrasal Patterns in English Prose, New York, The Poland Press Company, ১৯০২ লামায় ৩৭৬ অইবা মী অনীদগী হেন্নবদি মখোই খুদিংগী মমিং লোইনা পীবা য়াই, নত্রগা অহানবগী মমিং পীরগা, "অমসুং অতৈ" হায়না পীজিরবা য়াই। ফেনসনবা চংদৈ।

(খ) Gough, Harry Bainbridge, অমসুং অতৈ, Effective Space, New York, Harper & Brothers ১৯৩৯, লামায় ১৮৭। অইবনা লাইরিক অমদগী হেন্নবদি

—, Theory of Music, New York, Harper & Brothers, ১৯৩৬, লামায় ১৩১

[ অহানবগীসি চনশিন্নবা মতুংদা অফেনবা লৈইনা অইবগী মমিং শিনজনলে। অতুগা থঙনরে ]

৩। অহানবগী edition ( খুৎনম ) দগী হেনখিবশিং :—

Taussig, Frank William, The Tariff History of the United States, ৭শুবা শেংদোক্লব খুৎনম, New York, G. P. Putnams son, ১৯২৩, লামায় ৫০৯

[ Edition ( খুৎনম ) তাক্লবা অফেনবা যাহৈশিংদি শেংদোক্লবা খুৎনম, নত্রগা ৭শুবা শেংদোক্লবা খুৎনম অসিনচিংবা হাপচিন্নুনা title ( মমিং ) গী মমিং ইনদি ]

অথুবা Items ( পরেং তোঙানবা মতেক )

১। Edited অইবা নত্রগা হন্দোক্লবা text :

(ক) Franklin, Benjamin, The Writings of Benjamin Franklin, edited ( সম্পাদন তৌবা ) by Albert Henery Smith, New York, The Macmillan Company, ১৯০৫-৭, ভলম ১০

(খ) Dekker, Maurits, Beggars' Revolt, translated from the Dutch by Irene clephana and David Hallet ( I. C অমসুং D. H না ইবা Dutch লোলগী হন্দোকপা ), New York, Doubeday, Doran & Co, ১৯৩৮, লামাই ৩৯৯

[ ইডিটর নত্রগা হন্দোকলিবা মীশী মমিংনা লাইরিক অতুগী মথিং ইনলি । ]

২। মচাক তোঙান তোঙানবদগী লৌখৎপা লাইরিকশিং— মসুম্না চনশিনবসি লাইরিক মমিংনা ইচম চম্না হৌই।

(ক) Dictionary of American Biography, edited by Allen Johnson and Dumas Malone ( A. G. অমসুং D. M. না সম্পাদন তৌবা ), New York, Charles Scribner's sons, ১৯২৮-১৯৩৬, ভলম ১৮

(খ) Modern American and British Plays, খনগৎপা অমসুং সম্পাদন তৌবা – R Marion, New York Harper & Brothers, ১৯৩১, লামাই ৯৭০

করিগুম্বদা অপাবা মীতুনা লাইরিক অতু সম্পাদকি মমিংনা হেম্না ( লাইরিক মমিংদগী ) উৎনৌরলবদি, সম্পাদকি মমিংনা মমাংদা থমদৈ।

(গ) Burgum, Edwin Berry, editor, The New Criticism, New York, Pventice—Hall, Inc, ১৯৫০, পেজ ৩৫৯-৬০। অসুম্না—

অচৌবা লাইরিকী শরুক অমা ওইনা চনশিন্নবা

অচৌবা লাইরিকি চৎনবা নিয়মশিং মথ মনাউ নায়না, মফম কনবা অমসুং Punctuation (লেপ্পবা মও) শী এবং অতু অচৌবা লাইরিকি মচেৎশিংদসু চনলি। অসিদগী হেন্না থোইদোকপা অথম্বা নিয়ম থরসু ইনগনি।

(ক) খন্দোকপা শব্দ মথৈ 'Quotation' Mark থা থমই। মার্ক ১ নত্রগা ২ শীজিন্নবা থাই।

(খ) অচৌবা লাইরিক অতুগী মমিং অদু underscore (মখুগ হম্বচনবা) তৌই ; মসিনা তাকপদি ছাপা তৌবা লাইরিক্তা মদু Italic type ( অৈপবদা লৈগনি )।

(গ) খন্দোক্লিবা অদু য়াউবা অখন্নবা ভলমগী নম্বর অদু মপুং থাবা ভলমনা অমদগী হেনলবদি হাপকম থোকই।

(ঘ) খন্দোক্লিবদুগী লামাই মশীংদমক শীরি ; মপুন অতুগী লামাই লোইনা হাপ্পা থাম্নে।

মখাদা উৎলিবা খুদমশিংনা নিয়মশিং অসি করম্না থমগদগে উৎলি।

১। অইবা অমনা খোমজনবদগী লৌখোকপা অমা :

Eliot Y. S., "Modern Education and the classies", Essays Ancient and Modern, New York, Harcourt, Brace and Company, ১৯৩৬, লামাই ১৬৯ — ১৮৫।

২। সম্পাদক অমনা তোঙান তোঙানবা মচাকশিংদগী লেং-শন্দুনা খোমজনবা আর্টিকল অমা :

Hoover, Herbert, "In Praise of Izack Walton, Readings in Present Day Writers, সম্পাদন তৌবা Paymond Woodberay Pence, New York, The Macmillan Company, ১৯৩৩, লামাই ১৯৫-২০৩

৩। মরী লৈনবা লাইরিকশিং, মেগাজিন; অমসুং খবরদা য়াউবা আর্টিকলশিং :

(ক) Bonn, Moritz Julius, "Economic Policy", Encyclopaedia of the Social Sciences, ভলম : II, লামাই ৩৩৩-৩৪৪

(খ) "Hedonism", The Eneyclopaedia Britaanica, ১৪ শুবা ইডিসন, XI : ৩৭৭—৩৭৮,

[ মসি তৌদবা আর্টিকলগী caption ( মকোক ) অহুনা অইবগী মিং থাকয় শিন্দুনা লৈবসি ঃয়ংবা য়াই ]

(ক) Zinzinov, Vladimir M., "with an Exile in Artice Siberia," The National Geographic Magazine (December, ১৯১৪), XLVI। ৬৯৫-৭১৮।

[ কোওকম অমম্তুং কোওলিবা মী মমিং হাপত্রে। তারিখ, ভলম, নম্বর অমম্তুং লামাই লেওখবদু য়েংউ। ]

(খ) "U. S. Power Capacity Far Above Needs," The Chicago Daily News, August ২৮, ১৯৪১, সেক্সন ২, লামাই ২৫ কলম ৩।

ভায়বিবা লাইরিকশিং লেংখবা

Bibliography ( ভায়খিবা লাইরিক ) আইতেম অসি অয়েংবা মীগী য়ুম্নাক মমিং হৌবা ময়েক মতুংইন্না লেংথৈ। অইবগী মমিং লৈতবা লাইরিক ( anonymous work ) কি লাইরিক মমিংগী অহানবা হৌবা মক্তইবা ময়েক মতুংইন্না লেংথৈ।

চনশিন্নিবা থুদিংগী লৈইশিং অদু single space ( মকম অমা ) নি, অমম্তুং মতুংদা চনশিন্নকপা থুদংদা Double space (মকম অনী) না থায়দোকমি।

Angoff, Charles, A Literary History of the American People, New York, Alfred A, Knopf, ১৯৩১, ভলম ২।

Beers, Henery Augustus, An Outline Sketch of American Literature, New York, Chautauqua Press, ১৮৮৭, লামাই ২৮৭।

Channing, Walter, "An American Language and Literature," North American Review and Miscellaneous Journal (সেপ্টেম্বর, ১৮১৫), I:৩০৭-৩১৪

Gaine, Hugh, The Journals of Hugh Gaine, সম্পাদন তৌবা—Paul Leicester Ford, New York, Dodd, Mead and Co, ১৯০২, ভলম ২

"Leaf from the American Magazine Literature of the Last Century, A," Atlantic Monthly ( April, ১৮৬০), V, লামাই ৪২৯ ৪৩৮

Lewisohn, Ludoig, Expression in American, New York, Harper & Bromers, ১৯৩২, লামাই ৬২৪

Pattee—Fred Lewis, A history of American Literature লৈরেংবা খুৎলম—New York, Silver, Berdett and Company, লামাই ৪৭৫

—, Sidelights on American Literature, New York, Century Company, ১৯২২, লামাই ৩৪১

Alfetetical (ময়েক) মথং মনাউ নাইনা চত্থরকপগী মতৌ অইবশিংনা হৌরককম অসি লাইরিক্তি, চেকোওনি. খবরনি অসিনচিংবা হায়ত্নুা খায়দোকপা পামই। মতুম্না লৈংথবদা সেক্ষন খুদিংমক মতিকচানা লাইরিক, মতম মতমগী চেকোওং অমসুং খবর অসুম্না নাই। কাওলুপ খুদিংবা লৈংথবদা ময়েক মথং মনাউ নায়না লৈংথৈ।

আইতেম অসি মকোক্কা Primary Source অমসুং Secondary Source হায়না খায়রি। অচানবগী শরুক্কা data পুরকপা original source (অশেংবা হৌকম) পুম্বা চনাশনগনি। খুদম ওইনা অরিবা America গী Literary Magazine গী চে পুথোকপদা Periodical ( মরক মরক্তা কংবা চে ) শিংনা অহানবা মচাক হৌকম ওইগনি। চে অসিদা কয়েক্ত পীবা অত্থু ইতিহাস ইবা অমসুং অইবা American writing গী critic শিংনা পীবত্নুা অনীরকপা মচাক ওইগনি।

Footnotes [ লামাই মখাদা ইত্নুা পীবা ]

Quotation পনবা, হায়বা ) অমসুং তেনশনবা পনুপগী হৌরককম অত্থু term paper গী মখাদ হাপকম থোকই। অইবনা

নৈনবত্তু অথবিটি পীবা অমসুং অপাবশিংদা মানা থিজনবত্তুগী অচুম চুমবা য়েংহনবনি। মচাক লৌকব অদু য়েংনবগীদমক footnote শীজৈ। Footnote শীজিন্নবসি special term (অথম্বা বাহৈ) অমা কদাইবু কৌবগে উৎপা, মকোং পাংবা data উৎপা; লেখকী অহেনবা comment কায়বদি ( text তা মখী পংথাম য়াম্না নৈন-দবদসু ); অমসুং চে অতুগী অতোপ্পা শরুকা মখী চৎনবা মতাং উৎপদা লোয়নদনবা শীজৈ।

থক্ফম—ফুট নোট অসি মখোইনা পীরিবা লামাচুগী মথাদা থমদৈ। Text তগী অতেনবা লৈইনা মখোইতু থায়দোকই। অপুম্বা single space তা থমদৈ, অমসুং double space তা (মরুম ২) অসি মথং মথং ওইথিবা footnote শিংদা থমদৈ।

Index Numbers ( মশেক লেংথংগী মশীং )—Text কী পন্থুপ অমগা footnote কা মখী নৈনবত্তু passage মথাদা থম্বা মশীংনা লেপই। নোট তৌগংপদসু থমই মশীংশিং অসি type তৌবা নত্রগা চাং নাইবা নৈইগী মথক্তগী থরা কাথংনা থমদৈ। নম্বর থাবগী মতুঙা অইবা থবনা থাংগী মার্ক, থবানমিচাক নত্রগা অতৈ থতনবা মার্কা থাই; তৌইগুম্বসুং নিয়ম অসি য়েংবদা থীবা অমসুং ফুটনোট য়াম্না চংলক্লগা চমম্বা কংই।

লামাই থুদংবা ফুটনোট মথং মনাক্ত নাইনা থমই, লামাই অমগী অহানবা reference অতু মশেক অমা থমই। অইবা থবনা চে মপুন অতু লোইজিবা কাউবা মশীং অতু মথং মনাক্ত নাইনা লেংথৈ; নত্রগা অধ্যায় য়াম্না যাউবা অশাংবা article দা অধ্যায় থুদিংগী মশেক অমনা হৌদুনা তোঙানবা series কয়া লেমই।

মওং—তৌরককম মচাক অতু লেপহনবা মেথোড পুম্বা নৈ। মওং অমা চৎলবদি চে অতু লোইজিকাউবা তোংদনা চথব নৈ।

মশেক পৈবা অমসুং কোথোকপা marks (খুদম)—

লাইরিক মখিং অমসুং মেগাজিন অসেংনা লোথোকপা তৌই। আর্টিকলগী মখিং অমসুং মপু ওইব লাউরাক মচেং অতু লোথে ক্লগা থমদৈ

মচাক অমগী অহানবা Reference—মপুংফাব Biblio-graphy য়াউদবা চে অমদদি অহানবা footnote reference অদুদা কুপথবা মচাক হাপকনি। লামাই, ভলম ( লাইরিক অদুদা ভলম অমদগী হেনবদি ) কুপনা হাপকনি।

মেগাজিন আর্টিকল অমা Refer তৌবা :

I. Vladimir M. Zenzinov, "With an Exile In Artice Siberia", the National Geographic Magazine (December, ১৯১৪), XIVI, ৭১৪

লাইরিক অমা মরী হেনবা উৎপা

১. Robert Johns, Theory of Music, New York, Harper & Brothers, ১৯৩৬, লামাই ১৬।

২. H. G. Taylor, Thought and Expression in the Sixteenth Century, New York, The Mac-millan Company, ১৯৩০; ভলম, II, লামাই ৩৬

২। মপুংফাবা Bibliography য়াউবা চেদদি অহানবগী footnote মরী উৎপগুম অইব। মী, লাইরিক মমিং অমসুং য়াউরিবা লামাইদনা যাই। অতৈ ওকুপদি Bibliography দা পীরে।

T. V. S. Raghavachari, Police Primar, লামাই ৪

হৌকম মচাক অমদা তুংগী ওইনা মরী উৎপা—মচাক অমদা হান্না তাকখ্রবদি ভএশম্ব' উৎলগ' মতু মরৈদ' খুটৈ।

১। Ibid ( মকম অদুমক্তদা ) ( Latin বাহৈ ibidem হায়বদি মকম অদুমক্তদা ) হায়বদগী কংলকই। অহানবা অমসুং মথংগী citation (পন্দুনা হায়বা) দা অতৈ footnote য়াউজবদি বাহৈ অসিদা লামাই মশিং হাপ্লগা মশক উৎলি।

১। শ্রীএম: কীর্তিসিংহ, ময়াম মমাঙদা বা ভাষবগী আর্ট, ইম্ফাল; ১৯৭৭, লামাই ১০

২। য়াউকম্নসিদা , লামাই ১২

২। Op. cit. ( Latin বাহৈ opere citato হায়বদি হায়রিবা লাইরিক অসিদা হায়বদগী লাকই )। মথাদা মচাক অমা মমী উৎলকপন্থ অহানবা উৎপদগী অতৈ লাইরিক উৎপা footnote না থায়দোক্লবদি অইবগী মমিং, মথং দা op. cit, অমসুং মমী লৈনবা লামাই হাপতুনা শীজৈ। (o.c)

৭। ডাক্তর এম: কীর্ত্তিসিংহ, হায়রিবা লাইরিকসি, লামাই ১০১ (Infra = মথা ; Supra = মমাং)

৩। Loc cit (Latin loco citato হায়বদি তাক্লিবা মকম হায়বসিদগী লাকই )। নম্বর ২ গুম্না op. cit কী মহুত্তা Loc cit অসি মমী লৈনবা উৎপদা শীজৈ। (l.c)

৮। ডা: এম: কীর্ত্তিসিংহ, উৎলিবা মকমসিদা, লামাই ২৬

৪। Op, cit ( উৎলিবা লাইরিক ) নত্রগা loc. cit. ( তাক্লিবা মকম ) অসি অইবা অমতনা ইবা লাইরিক অনী নত্রগা মচুদগী তেনবা শীজন্নবদি হাপ্লদে। মসিদদি লাইরিক মমিং হুক্লিনবৈ। নত্রবদি চমম্লরকই।

অতোপ্পা তেনশিনবা বাহৈশিং—দরকারগী মতুংইম্না থুনা ইশিনবা মানবা তেনশিনবা বাহৈ কয়া লাইরিক অমদা শীজৈ। থাইনা খণ্ডনরবা অমুক নৌনা পঞ্জবসু মাবা ইংরেজী অমসুং হিন্দীগী বাহৈ কয়াসু ফংই। হৈতৈ লোনগীদমক তোপ্পা শীজনবা কয়াসু থম্না মাই।

ইংরেজীগা শীজিন্নগনবা বাহৈশিং থরা—

| | | | |
|---|---|---|---|
| chapter | — ch. (ময়াম খণ্ডনবদা chaps). | new series | — n.s. |
| | | no date | — n.d. |
| circa (চাউবাক্ল) | — c (নত্রগা ca). | no publisher | — n.p. |
| column | — col. | note | — n. |
| compare | — cf. cp | page | — p. |
| following page | — f. (ময়াম উৎপদা ff) | part | — pt. |
| | | edition | — ed. |
| limited | — ltd | revised „ | — r.e. |
| line | — l (ময়াম উৎপদা ll) | volume | — vol. |

[ লাইব্রিক অসিদা এসে (রচনা), চিঠি ইনবা নিয়ম, পাউথুম, বার্ত্তনগী মওং, লোনী মায়কৈদা নৈনরিবা নিয়ম কয়া পঙ্গে। স্কুল অমসুং কলেজগী ছাত্রশিংনা পরীক্ষাদা খুম্নবা মওং কয়াগী লাইব্রিক থোকহনরে। Library Science তা লাইব্রিক থমজিন্নবা অমসুং পিথোক্নবগী অকুপ্পা কয়াসু লৈরে। কেটলোগ মওংদু তোঙানবা আর্ট অমনি খন্দুনা ইনবগী তেকনিক অসিদা হাপচরে। থেসিস অমসুং রিসার্চ পেপর ইবগী মতাংদা Library Science তা থম্নীবা লাইব্রিক থায়বসি য়াম্না দরকার ওই। ]

## হাপচিনবা শরূক
## —পুন্সি বারী ইবা

পুন্সি বারী ইবসি মতম পুম্বগী মীশিংনা ইতুনা চৌরবশিংবু কাউহন্দবা হায়বসি অশেংবা মথৌনি। মতমগী লৈত্তোইদা ফুম-জিনখ্রবা ইপা ইপুশিংগী শরু অদু থোমজিন্দুনা নীংশিংফুরা লাবা চুমই। মমাংদৈনা য়ুম্ফম ওইরবদি ভুংগী অচেৎপা য়ুমশাব' ডগ্নোই। লৈখিত্রবশিংবু নীংশিংনবা অচুম্বা তৌবসি তুংগী মীওইশিংগী কনবনি। সিসেরোনা হায়খি "রিংচৎ হায়বসি অশিবশিংগী কংকম থোকপনি।" রিংচৎকী চপচাবা শরূক অশিবদা পীরবদি হুরানবনি পুন্সি বারীগী অঙকপা মশকশিং নৈনসি।

ইতিহাস অমসুং পুন্সি বারী—মী খরগী মত্তা জাতি অমগী ইতিহাস অসি অচৌবা মী খরগী ইতিহাসনি হায়। মসি পুমচুম চুম্বা নত্তে, জীবন চরিত অদুগী কান্নবা হেনগৎনবনি। থোনাকবা মীগী পুন্সিদা কংদবা কয়া জাতিগী পুন্সিদা কংই। ইতিহাসকি লৈরিবা অমসুং কান্নরিবদু মপুম ওইবনা পীবনি, অচৌ-অশাং খরগী পুন্সিনা শেম্বা নত্তে। অতৈগীসু য়াউই।

ইতিহাসনা জাতি অমদা ওইবদু পুন্সি বারীবা মী অমদা ওইরি। ইতিহাস জাতি অমগী পুনসি বারীনি। মথোই অনীমক Experience ( খংনবা জ্ঞান ) না তম্বীগদবা দর্শন ওই;

তৌইগুম্বসুং ইতিহাসনা থোদোক্লা, পুনসি ৱারীনা মীদা মরী ঊংলি। ইতিহাস হৌবা লোইবা নাইদে মতমপুম্বদা মকম থংদনা তৌই। মীগী পুনসিদি পোকপা অমসুং শিবা য়াই। ইতিহাসতি অতম অথোইবী সভা অমসুং লানফমদা নৈনৈ। পুনসি ৱারীনা অচম্বা মওংদা—থোনাকবা মীতুগী মগুণশিংদা অমসুং থবকশিংদা তৌই (থবকশিং অদু মগুণগা মরী লৈনৈ।) ইতিহাসরোমদগী য়েংলবদি অ'লেকজাণ্ডরগী লানফমশিং অমসুং মানা অয় তৌথিবদু মরু ওই। পুনসি ৱারীদদি মশাগী মগুণশিং অমসুং মথোইনা তাকপা থবক শুম্বতুনি। পুনসি ৱারী ইতিহাসকি শরুক অমনি। পুনসি ৱারী Linear (লৈইগী) ওই, ইতিহাসতি মপংনি, আত্মা-জীবনি অসি ইতিহাসকি কায়াং অমতনি। পুনসি ৱারী মরাম পুনসিরগা শেম্বা অহিংবা মপূমনি।

পুনসি ৱারী অমসুং কিকসন—ইতিহাসতা কাউরিবা মীশিং ৱারী অমসু শাজনবা ৱাঙাং কয়াগা তোংশিন্নে। ৱারীদা কাউরিবা মীওই কয়াসু ইতিহাসকি অশেংবা মী ওইরকই। রাম অমসুং নিংথৌ অরথরগী ইতিহাস অদু mythology (পুরানগী বা) গা তিনাশিন্নে। শাইলোক অমসুং ওথেলো অসি ইতিহাসকি ওইরকই। নবেল অসি শাজিন্নবা পুনসি ৱারী ওইনা লৌনৈ। অামাবা থবক তৌবা পুনসি ৱারীনি, তৌইগুম্বসুং মসি লায়া থররবনি। জীবনচরিতকী হৌরম অসি ইতিহাসকী ওই, অশেংবা মী ওইবা য়াই; শাজিনবা মীগী পুনসি ৱারী লৈরোই; মরম অসিনা কিকস্নগী লাইরিক অকব, ভগত্তা লৈরবসু অকবা পুনসি ৱারীগীদি চৈরে নৈতে, অহানবা লেংবা মতমদা অইবগী কল্পনা অদু শিংবা ভমজে, অকোনবগীদি অইবনা অচুম্বদা ইবা তারে।

অশেংবা মীদাদি শাজিনবনা ভাব মাঙহনলি। ৱারী অদু ফজগন্দে, তৌইগুম্বসুং পুনসি ৱারীনা মাবু পেনহনলি। মদু নবেল লৈরগা য়ামামুক মুঙাইতবা য়াই।

জীবনচরিত্র ইবা হৈবা মীওই—কয়া য়ামদে; লৈখিবসি মশিং য়ামদে। মসি ইবদা কাউথিবা মীওইশিংদি মমাংদৈ মতমদা Xenophon অমসুং Plutarch নি, অনৌবা ফগত্তদা Boswell, Southey, Lockhart, Froude অমসুং Morley নি। হৌমিন্নবা মীগী পুন্সি বারী ইবা লুই; মৈকম মুংশ্রবা উং মথৈদা কোইবা তাই। ইবদ থ গংমনবা নত্রগা হন্থমনবা বুদ্ধিগী বাংমদা চংপা থেংনৈ। থোনাকবা অমগী শিল্পিবকাউবা পুন্সি বারী ইত্রবদি খোদোকশিং অচু অর্থ য়াউবা ওইরক্তে, অয়েন্না লৈরক্তে। খুদোংথীবা মরাম লাকপদগী ইগদৌরিবা মী অচু মপাঙ্গল হন্থরকই। খুদোংথীবচু নমহংপা তমদবদি নত্তে। পুন্সি বারীগী ইবদা মথিং চংলিবা মীশিংনা পাংথোক্কদবা হীরম কয়া মথাদা পীরি।

পুন্সি বারী ইরিবা মীচুগী বুদ্ধি লৌশিং—জীবনচরিতকি ফদা অসি অইবা মীগী বুদ্ধি, লৌশিং অমসুং জীবনচরিত অচু শেমগংপগী মাইকৈ অনীদগী পুক্লগা য়েংবা য়াই।

১। ইশাগী ওইবা জ্ঞান—ইগদৌরিবা মী অচুগী মররমদা শেংনা খঙগদবনি। য়াম্না শম্নরকপা নত্তনা থাজবা য়াবা অমসুং মুচাইহনবা পুন্সি বারী ইবা য়াদে। ইশাগী জ্ঞান অসি Plutarch না ইবদা বাংলি। Southey না Nelson গী মররমদা ইবদা অমসুং Forster না Goldsmith গী মররমদা ইবদা মযেক শেংদে; তৌইওমসুং Boswell গী Johnson, Lockhart কি Scott নত্রগা Morley গী Gladstone ইবদা পুরিং হবা কংই।

২। ইশা হন্থহনবা—পুন্সি বারী ইবা মী অমনা অপাবশিংদা মানা ইথিবচুদা মশা চাউনা ইব চুমদে। মানা ইরিবা মীচু থাজংপা চুমই। Macaulay না মশাগী মত পংপী পীশন্নবা থেংনৈ। Boswell অমসুং তারত্তা কংলিবা বৈষ্ণবশিংগী জীবনচরিত ইবা মীশিংনা হেন্দোকপা মওংদা মশাবু নোল্লুকহল্লি। ফিদম্নকম ওইবা পুন্সি বারী ইবা অমনা কান্নদবা হুইমুক মীনাই ওইকম থোক্তে

ভৌইগুম্বস্নুং মীগা নকশিন্নবগী ভক্তাইকদবস্নু থংগনি। Boswell না Johnson বু অস্নুপকি মতিক চেংনা নীংখ্রে মতুদি Johnson মশামক্না Boswell দা অমুক হায়খি "মহাপ, নংগী হীয়ম অনৌবমক লৈ মতুদি, নংহাক অমস্নুং ঐ"

৩। নোম্বা কনবগী মতৌ—অঙকপদা নোম্বা কনবগী মতৌ লৈগনি। Boswell না Johnson উনবা, মাগী থবক লোইশিন্নমা কাউবা হংবা, মচাক খোম্না নত্রগা ভাবিক অহু চুমই লানলি মেংবা অমস্নুং পেন্সিলবকাউবা পুক্নিং চাবমিনি।

৪। অচুম্বা পাম্বা— মীচং মীথাই নাইদবা ইরিবা মীহু শোক-হন্দবা চুমই। Macaulay গী Atterbury অমস্নুং Shakespeare গী Richard III ইবদা লৈফেংনবা মওং উহনলি। ইতিহাসতগী লাপথোক্না উকনলি। অকনবা ভাক্তা ইবস্নু চুমদে। মীভুনা শিন্নবস্নু ফজবতু লৈতনবা চুবদে। মরাল লৈবতুদি লোত্তনা ব্যাবহারগী ভাবতা উংথোক্নি। মিচং মিথায় নাহুদবা হায়বসিগা থাগংপা হায়বসিগা করুদবা ময়ায় চংশদবনি।

৫। মগুণ থাগংপগী লিংজেল—কনাগুম্বনা অশোয়বা উৎপদা থাগংপগী মওংদা ভৌগনি। Boswell না চপচানা ভৌখি। Macaulay না Boswell বু থাগংপদা হৈবা ওইনা লৈবতু লাক্নী। মাগী কিদমদি মুংশিনবা অমস্নুং লৌশিং লৈনবা অমস্নুং মী অমবু মোংকম য়োক্লবদা থাগংপা অমস্নুং মতমসিদা মাগী অশোয়বতু থংবনি। গুণ অসি চংদবা য়াদে।

পুন্সি বারী শেমগংপা— Artisan গা (খুৎশাহৈবা মী); Artist (কলা বিদ্যা হৈবা মী) কা, Mechanical (খুৎলাইগী ওইবা) গা Artist (কলাগী ওইবগা) গা খেন্নৈ। Gray না Mechanical ওইবা পুন্সি বারী মইহু অহুম্না পনখি "অপংবা অমনা ভাক্তানা খোকহনবদগী অকনবা লাইরিক অমা ইনা য়াও।" অপংবনা Remark (বিচার ভৌনা হায়বা) অমা পীব ঙমদে;

বিচার তৌরিবসিমক কনা মথল অমনি। অসিগুম্না অকবা পুস্তি বারী ইবসি লাইবক্না ওস্না নত্তে; মশাগী হৈনবা অমসুং কম্না হোৎনবা অনীখক চংই। পুস্তি বারী ইবা মীওইনা Boswell অসি অসুপকি মতিক য়াংই মরমদি মহাক পুস্তি বারী ইবদা পীথো-রকপা গুণ লৈ। মশাবু নোল্লুকপা অমসুং চন্দনা নোম্না তৌই। বাগী মত্তৌ ওস্না চুমই। মথাগী খরসি অমুক চংই।

১। মচাক খিবা—খিজনবা, কক্না থোমজিনবা অমসুং খমজিনবা চংই। ময়াম্না পামদবা অশাংবা বাহৈ পরেং লৌথোক-পদা পানীংদে। থোনাকবা অমনা হিংলিহৈদা বারী শামবা, চিঠি চংনবা, মাগী Diary, অমসুং ইরম্বা কয়ানা মপুং ফাহনলি। অচৌবা মীশিংগী মশাগী ওইবা মিংকুপ য়াম্না মরু ওই। মশাগী ওইবদা মাগী অশেংবা পুক্নিং চাংদোকই। অনী অহুম শুবদ শেংদবা ওইরকই। ইদৌরিবা মতুগী শাগৈ নাতৈ, হৌরকপা মতম অদু নৈনরগা মীতুগী অশেংবা মশক লাকপা ওমই।

২। অবান অহুই পুথোকপা মওং:—ইরিবা মীতুনা নীংশিং-নবা চুম্না পীবা, পংথা থাগৎপা নত্রগা অচম্না থোদোক ওইবগী মওংদা থমলোই। মসিদগী হেনগদবনি। থোদোক উৎপা, থাগৎপা অমসুং পুনশিনবা অমসুং মপুংফানা চাংদমবা অমসুং অক কণ্ড য়েংবদা তোগনি। শৌরমসিদ হৈশিংগদবানি।

৩। কুপথনা নৈনবগী পিকথবা—পুস্তি বারী ইরিবা মী অমগী অকুপ্পা নৈনবদা য়াম্না পিকহনবা তৌরোই। পুস্তি বারীদা মরম লৈতেবগুম তৌবা পোৎশিংদা পুক্নিং শিঞ্জিনগনি, অমসুং Caesar গী মকোক ভাংবা, Cicero গী মনাতোন অদু খংতোং ভোংবা, Demonstenes গী মবৈ লোম্না নত্রগা Scott কি মখোঙ তেকপত্ত উৎপদা চিথরোইদবনি।

৪। লমচং কোপ্রগা Experimental (অসৌবা জ্ঞান কংনবগী চাংয়েং) পাইস্ন পুথোকপা— মচাক থোমজিনবদা মথংমনাউ

শেমদুনা কৱিগুম্বদা মশাগী মত উৎপা অমসুং অপাবশিংনা পাম্নবদি মশাগী মত শীবা য়াহনগনি। অইবনা অপাবদা মীতুগী মরমদা মত অদু নমশিনলোইদবনি। অপাবশিংনা মীতুগী মরমদা মত থোম্বদু মথন্তা লাকচনবা মচাক শেমদুনা লে'থগনি।

৫। পুন্সি মাম্না উৎপা—থোনাকবা মীহু পুন্সি মাম্না উৎকনি। পুন্সি অমদা ইকং কংনা পাউতমলোই; পুন্সি অমদা পাম্বসি পুন্সিনি। থোনাকবা অমদ' ইশাগী অপাম্বা থম্বসি লোইবা কাউবা থমগনি। মীতুদা মশাগী ওইবা মতৌ থরা লৈ হায়বা মরিকচুম্ন' অমসুং কঙনা উৎকনি।

৬ থোদাকশিং অদু শেমগৎপদা অক ফত্ত উৎপা— পুন্সি বারী অসি থবক নত্রগা থাদোক উৎপদ নত্তুনা, তত্ব, মচৎ অমসুং মীতুগী মাতক ময়ায় অদুস্ত য়াউগনি। বর্ণন তৌবদা মরৈ য়াউবা, পাউ ভম্বদ' দর্শন য়াউবা নত্রগা থোদোক লেংবদা অক-ফত্ত য়াউবা চুমই। পুনা'শন্না ইবা হৈবসিনা পুন্সি বারী ইবদি অতৈ মইদগী থেৎরৈ। Style ফজবা, থন চাবা অমসুং unity ( অমতা ওইবগী মতৌ ) লৈন ইবনা পুন্সি বারীগী মগুণ ছাপকৎলি।

৭। পুন্সি বারী ইৱিবদু narrative (বারী লিবা) কি মওং ওইগনি অমসুং বারী অদু objective(থুহইগী ওহব ) ওইহনগনি। শাগদোৱিবা মীওই অদু করম্বা থাকনো হায়বা মুম্না থম্বগনি। লাইরিক পংয়াম য়াম্না লৈতবা মীওইগীদমক্ক বাহৈ বাতা অদু হাকথেৎনবা অমসুং চমহনবা চুমই। হেক য়ারিবনথৈ ইৱিবা মীতুগী মত অদু মানা ইদম্বা অমসুং ভাঙলাম্বদু মতাং চানা লোথোকতুনা লাইরিক মসুংদা য়াউগদবনি। থৈৎনিঙাই ওইবা বাক্য অমবু পোইস্ত অয়াম্বা য়াউহনলোই অমসুং মদু নৈনব তারতম্য মরি লৈনবা তারিক অমসুং মফম্না ভাবনৌ থাগা'ন মিৎথেৎ চুম্না থমগনি। মগ লৌ.মন কানমবা অচোবা মাশিংদা লোকপা য়াবা পোৎশক লোথোকদবনি। নৈনরিব' হীরম শাদু মপুং ফাগনি।

ইথিরিবা মওং অমসুং য়াহৈ অদু থাক বাংগনি। পাউদমলিবসু শোইদবা অমসুং মরিক চুম্বা ওইদুনা পাবদা নুঙাইজনফম থোকই। বানান অমতমক চংকনি। গ্রামারগী অশোইবু অচাম যাউনহোই।

পুনসি বারী ইবদা কোটো অমদি য়াউগনি। মমাংমক্তা ফাঙ্গা চংলৈ। লেং'লবা মীনা অতৈ অয়েকপশিং ফংলবা অমসুং ব্লোকশিং অদুনা মীদুগী শকল নত্রগা তৌরম্বা থবক মপুং ফাহনলবদি মখোইদু য়াউশনবা য়াই। চনা মশিং অমসুং নম্বগী মমনসু থম্হৌগনি। তুংদা থবক থুনবনি।

ইশানা ইবা পুনসি বারী (Autobiography)—মশানা ইজবা পুনসি বারী থুদোংথীগনি। মশাবু চাঙই থঙবা অমসুং মঙণ হেন্না থাগংচবগী মরাল পীনরকই মশাবু হন্থহন্নবসু অকায়বা ওই। অপাবাশিংনা মাবু হায় শক্কলবাদি মশা থাগৎপদু পানীংদে। Tukaram অমসুং John Bunyan খোইনা মখোই মশাগী পাপ অদু উৎতুনা য়াম্না হন্থনা ইরম্বা থেংনৈ। উবিবা মীদু মাগী অইবদা মশানা ইরম্বা বাথন্দুনা মাগী থবক লপই। মশানা ইবদু মপুং ফাদে; মানা শিরবদুগী একাউন্ত নীংথনা পীবা ঙমদে। অসিনা Dr. Johnson না মাগী ডাইরিদা অমসুং বাকৎচে কয়াদা মশাগী মরমদা পীরম্বা বিমার্ক অয়াম্বা মুথংলম্মী। Scott অমসুং Southey না মশাগী পুনসি বারী ইরম্নগা হৈমদা ওইথোক্কবানি হায়দুনা হোকখি। মশাগী পুনসি বারী ইবা মচল কয়া St. Augustine গী Confession, Dr. Quincey গী Opium—eater নত্রগা Roussiau গী Confession দা ফংই। Mill, Spencer, Benjamin Franklin নত্রগা হৌজিক্কী মতমদা Max Muller অমসুং Mrs Besant খোইনা মাগী পুনসি বারী থনম্বা থেংনৈ। মশাগী থবক অদু মরামদা উথোক্নীবসি থজিক্কা ওইরবসু ময়াউই মরামদা মাগী পুনসি বারীগী মলাল অমা থনম্বদু খোইনা মশাগী বারী ইদুনা কান্নদে হায়না থৈ। মী অমা শিরবসু মখোইগী

থবকশিংদদি লৈগনি। শিরবা মতুংদা হেনগৎপা পুন্সিনা থুংলেম্না হৈবা পুন্সি বারীনগী হেম্না মমন য়াম্মই।

মশাগী বারী মশানা ইঙ্গর্সি কিক্লেং লোৎপা, অরানবা থওজ-রকপগুম্বান। অতুম ওইনমক মী অমনা অমগী বাইওগ্রাফী হৈবাদ চুমই। শিঘ্যনা ওঝা অতু নীংশিংনবা নত্রগা মরূপ অমনা অনৌবা মী অমবু মিংচংকী লাইশওদা থম্বাসি চুমই। অনৌব মী অম ভুমন্না তিংলম্নগা শিথিবা য়াই। মাবু থাগৎনীংবা মীতুনা মকম পুম্বদা মচাক খিজন্দুনা মালেমদা মশক তাকপা য়াই।

পুন্সি বারীগী অবোইবা মরম—থৌনাফবা মী অমগী অথোইবা মতিক ময়াই অতু নীংশিংতুনা থাইদা মরিক থরদং চাপ্লীতুনা মীওই-বগী evolution ( চাওথংপগী খোঙচং ) অতু হায়গংহন্নবা থুদোং চাবা লীগনি। থাইগী লমচং শাজং লোংগনি। মীওইবগী পুন্সিদা Romance ( থৌনাফবা অমসুং তুংশিবগী বারী ) লোৎতুনা লৈ। Edision গী পুন্সি পুথোকনলি, Shakespear গী পুন্সি অসি কল্পনাগী ওই। শঙ্করাচার্য্যগী পুন্সিদি দর্শনগী অমসুং থবক উৎনগী ওই। Fiction ( অশাবা বারী ) গী কল্পনা অমসুং পাংথৈদগী হেন্দোকই। জীবনচরিত হৈবা মীতুনা মী বাংলবা ইমুংদা লকা লাকচনলি; পুক্রিং চন্থরবা মীতুদা শাক্ষ হাপই; অমম্বদা মতাল হাপই। রাথন চাওথোকপা নত্রগা থংকা নৈফোগুম্না শন্দোকই অমসুং phoenix কি উত্নগী নীংথিরব লৈনাবী অমা তোগৎলকই। নীতি অমসুং জ্ঞানগী চাওথংপদা থুজনকনবাসি পুন্সি বারী হৈনগী পাম্বৃগান। হৈরিবা মীতুনা মাসগী কারণ থওত্রবা অমসুং পুনাসি বারীগী মওং থওত্রবাদ মমিং লৈরোক।

রাবোই তাবা— জীবনচরিত হৈবা science অমসুং art অনীমকান। চুমহনবা, ন্যাখা তৌবদা হৈরিবা মাতু হাতেশাসকার, মনোবিজ্ঞান লৈবা অমসুং পুন্সগী মরম লৈনবা ওইগনি। মথন নথেন কল্লা ওনবা হৈগান মমাংগী থাদোক কয়াসু থওগান। মচাক

ময়াম উৎপদা Artist অমা ওইগনি। অতোপ্পগী থরাই অদু কোক্তলোকপদা টৈশিংবা উৎকনি। কল্পনাগী মতেংনা পোৎশকী অমসুং অ'ধ্যা'ত্মীকী মশকশিং অচ চাম্বনা সাংম্না উৎকনি। চৌশিনা শাগৎপা লুই ; হেন্না টৈশিংবা উৎতুনা শক্তম অদু থাইদা শন্নোকনি। মসিমক পুক্নি বারীগী আর্টনি।

চৌখিবগী খোদোক অমসুং দৃশ্য অমুকহন্না শেমগৎপা, চৎহমবা অমসুং নূপা নক্রগা নূপী অমগী অকনবা পুক্নি মরেন অদু উৎখোকপা হায়বা থবকসি হোমা ইবা মী অমগুম্বনি। Dynamic (অরেংবা) ওইবা মীগী পুক্নি কাহ্নুনা পন্দুপতা ইবা অমসুং চহি কয়াবু অমসুং অধ্যায় কয়াবু শুপচনবা হায়বসি অহৈবা লাইয়েকপা অমনা তৌগ-দবনি। পুক্নি অসিবু অপাবশিংদা অচাবা মওং অমসুং লোন্দাদা উৎখোকপা হায়বসি থাইদগী বাংবা literary (সাহিত্যগী ওইবা) শক্তি চৎই। ইশাগী পুক্নি বারী মৈতৈ ময়েক্কা ইকবা মী অমসুং অখোইবা মীওই কয়াগী পুক্নি বারী কয়া চেকোং কয়াদা কোক্ত-লোকচবা অমসুং মরী লৈনবা উপলক্ষশিংদা তাক্কবনা ইশাগী ইথো ওইরকপবা চীরমসিদা Research কয়া চাংশিনবা পামই। মক্তমগা চাম্নবা documentation (দলিল উৎপা) তৌহুনা সমস্যা কয়া খেংনগ'ন। জীবনচরিত ইবা হায়মাসগী থবকসি তৌগৎনবদা তাইরি; অশাংবা অমসুং অয়োবা পুক্নি চংলকদোরি। অনৌবা পুনসি ইথোকবগী টৈশিংবা অমসুং আর্ট চংলক্লি। লাক্লিবা যুগশিংগী খোজেল, মথন মথেন কয়ামরুম অসি মমাংগী অমসুং তৌক্তিক ওইরায়বসিগ খেন্নবা উৎলি। যুগশিংগা ইরোইননা পুনসি বারীগী মওং অমসুং মচাক খেন্ননা চোংথোকফনি। মসি চাং য়েংলি।



লোইরবা

Author's Biodata :—Dr. M. Kirti Singh born in 1943, Passed B.A. (Hons) M.A., LL. B. Examination from Gauhati University. Obtained PH. D. degree from the same university in 1972. Now working as a post-doctoral research fellow of the Government of Manipur in Ranchi University, Bihar. Started his career as a lecturer in Logic and Philosophy for Imphal College, G. P. Women's College and now senior lecturer in D.M. College and D M. College of Arts and Commerce under the same Government. Also served as a convener of terminology committee for logic, moderator, examiner, paper setter and and framer of course of studies for Manipur University. A fine journalist, writer and scholar. He has 3 books in English, 7 books in Manipuri and important chapters (in well known publications) to his credit. Presented a number of research papers at International Congresses, Annual sessions of ISCA, IPC and All India Oriental Conferences. His connection wi h Board of Secondary Education, Manipur, Manipur State Co-operative Union and august bodies of India is quite intimate. Also delivered lectures on different aspects of culture and philosophy in Aurobindo Society, Imphal, Juvenile learner's club, etc. besides participating in the All India symposium held at the sessions of philosophy, science, etc. His research papers and abstracts of papers have the unique distinction of being included along with the papers of eminent philosophers, sanskritists, orientalists and scientists of India and of the world. The volumes are edited and published by specialits in different lines.

Has significantly contributed to Manipuri language, literature, culture, journalism and principles of creative writing through his books, publications in the journals and research papers.

## About the Author

### Literary Output

| | English | Manipuri |
|---|---|---|
| Books | 3 | 7 |
| Papers (science, philosophy and indology) | 20 | 50 |
| Book reviews | 10 | 25 |
| Forewords/introductions | 10 | 30 |
| Total | 43 | 112 |

The writings cover, essays, biographies, co-operative affairs, journalism, philosophy and sciences of anthropology which are his area of interest. He has published several papers in the research journals and anthologies. The present book is a study of the principles of thesis writing, paper writing and several aspects of creative courses.

Books under preparation to be published—

1. Dictionary of philosophy (Manipuri)
2. Folk Manipur (English)
3. Studies in the history and culture of Manipur (English)
4. Religion and culture of Manipur during the 20th century (English)
5. Western Philosophygi Maruoiba Lairiksing Amasung Logical Positivism (Manipuri)
6. Political History of Manipur ( serialised in the pages of the English daily, The Frontier Chronicle )

* Copies will be supplied at 25/100 of the price for the Manipuris living outside Manipur.

Printed at—Nimai & Sons Printing Works, Paona Bazar, Imphal